# শাজৎ হোন লোনচৎ



থোকচোম অমুবা সিংহ, শাস্ত্রী

লাইয়িক মমিং :— শাজং হৌন লোনচং

অকোংবা :— মনিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভাগীদমক
শ্রীথোকচোম অমুবা সিংহ শাস্ত্রীনা ফোঙবা




ফোঙবা মতম :— ২০০০, জুন

কপি মশিঙ : — ১০০০ (লিশিং ১)

মমল :— লুপা ২০/-


নম্ফম :— নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস
পাওনা বজার ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

ঐনা শ্রীহরিবু নিংশিংলগা খ্বাইখিবিক্কী মফমদা থমজরিবা ৱাফমদি পৃথিবীগী মীশিং য়াম্না হেনগংলে লোইননা ভারতকী মীশিং হৌজিক কোটি চামাদগী হেল্লে। অসুক য়াম্নবা মীশিং অন্নাম্বা ধর্মনীতিদদি মহাদেশ খুদিং চাক তাঙবা মীশি মীনা থোকপা ম্মুহান্নাব থোকপদা ইমুং মমুং শাগে অমত্তগী মচিন মনাউগুম নুংশি-ননা মীনুংশি থবক তৌনরি. মহুবু ৱাজনীতিগী কূটনীতিদদি মৈতৈ মৈতৈ কবিনা শৈথাব "চীংদা শাংপা ইঙেল্লে চিন্নদনা কেনবা পাম্মুই. হাইবহু মমল য়াম্নবা তাঙলবা মীওইবা মপোক ৱাক্ষস ৱজগুণ, শারমচং ৱাখল য়াউদবা শাজং লীচং চংলগ শিথিবা মপোক ওই ৱাজগে, নরান খুরুম্বা, জেল চংজগে দৱখাস্ত থাবা অমদি মপা মচা মুংশিনদবা কান্নদবা পৃথিবী লুম্নবা মীওংপা মচা ওইদনদা আহল/ লমল লাইগুরুনা খম্বীৱম্বা পাউমেল পাউতাক য়াহিপ চাকচা ফজব লুবদা অতাঙবা মীওইপোক মহে ৱাল্লে লাইনা পোক্লিংবা মীৱম-লেল লৈপাক পৃথিবী ওইবা য়াই, ঐনা তাজবা ৱাহৈ পরা. চীঙ্গাকুগী থৱাই জীবগী হকচাং ওই মৱম অহুনা মীওইবদি হান্নদগী লাইবক ফবনা বুদ্ধি লৌশিং জ্ঞান মীনুংশি খল্লোই কোক শমহৌবা মমৈ পান্দবা মতু চোমদবা ইকাইবা, নোকপা খঙবা মীওইবনা সাত্বিকা-হার লাইনা, লাইথুং মুংপোক্কবা চীঙ্গাক চাবা, য়েমৌনদবা মচন অহুগা চীঙ্গাক থক মাওহলফদে প্রসাদ লেম্নবা হাপহলফদে ব্রহ্মচর্য্যগী মতাংদা শ্রীচৈতন্যগা প্রকাশ নন্দ ইনথিবা চিঠী শাহিং চাব কৈ

নোংশানা চহিদ অমুক্তং নাউ গর্ভগীদমক লৈমিন্নৈ, ঐখোঙ্গী মীওই-বনি, ফংনিংবা পোং ফংখিবা মহাত্মাশিংনা ফিন্নুং ইন্দ্রিগী মথা পোনখিদে।

ইন্দ্রি খুদুনা চনবা থা ৪ চথুর্মাস্য ব্রত্ত (কাংমতুংদগী হরিউত্থান ফাওবা অমদি ধর্ম কর্মগী পর্বাদনশিং লোইননা আহল/লমল মপা-মমাগী নিপা/নুপাগী নু মৎ শং ব্রহ্মচর্য্য চাকপা অসিদা মাসিদা পৃথিবী অমসুং ভাবতর্কা মীশং ঈচাউগুম হেনগৎলিবা অসিদা মতেং ওইরোই। অমনা নাদ্রিবৈদ। লাইয়েংবগী মশক ওইবা থা অমদা ৪/৫ বক চারা হেনবা য়াম্না কান্নগনি হাঙ্গবসি চাক-ঈশিং হেঙ্গিল্লু বগী লাঙ্গনা লাইচৎ ফখিগনি থাজে।

য়াঙ্গহিব চাকচা ফজনা নিয়ম নাইবদ। লোইনা পামজবা মীওইবনা খুন্দাবা পৃথিবী অ‌দি সুখ শান্তীগী ইমু ওইগনি থাজে। থাজদবা অমনা আনিশুবা আশ্রম লুহোংবা মথল ৮ গী মন্নুংদা পঙনা থোক্কবা রাক্ষস পিশাচ অদুগা ঈশথল্লকপা পাথং লৈশাবী অনির্গী গন্ধব বিবাহ চেননহোং মাসিদি মীশিং হেনগৎনবা ঈনোৎ পীবনি।

ঐগী মরূপ লাইশ্রম ইবোতোম্বী মথা লৈকাই কলমনা ইবা লাতকগী কর্মলোচন হৌন-লোনচৎ কাংলোল য়াউবা অনুবাদ অসি তৌননবা পীখিরে, খণ্ড-খণ্ড অনুবাদ তৌনবা হোংনৈ। অশোয়বা কয়া য়াউরমগনি খণ্ডবস্তু হংলুফম থংদে।

সংস্কৃত পণ্ডিত শ্রীগৌরমজাই শর্মাদগী পুবোহিত দর্পণ লৌবদা মাতুগী অবোইশদ বিধি বাক্য হাঙ্গনা থর য়াঙ্গই। গুরু ভাইদি চীনদা পুরুষী শ্লোক অয়াম্বা ঐ ওকই। ঐনা থাজে অহল/লমল লাইগুকনা হাইবিবা য়াঙ্গিপ চাকচা নিয়ম ওাক্লগনি মীশিং স্নিকনি স্বর্গগী লাই মহাত্মাশিংনা পোকনিংবা মী ওইবগী পৃথিবী ওইহলসি

লাইরৈপাকপু কল্লকহলসি। চহি ১০০ না শতাব্দী শাবা লোইরকপা ২১ শুবা চংলকপা অসিদ বৈজ্ঞানিকশিংনা হককথেংননা ফংহল্লবিরবা পদার্থশিং শেমগৎ শাগংপ হেন্ন চাউথংনবা হোৎনসি, মী শ শল জীব কয় শিবা খণ্ড প্রলয় থুলাই অহুনা লায়রবা অপঙবা অনাবা কোকহলবা লৈহন্দবা শিংহলবদা তৌরসি তৌরিবা অসিদগী হেন-গৎহলসি লাইনা পোক্লিংবা অতাঙবা ধন্যকলি যুগ ওইহলসি কর্মযোগ, ভক্তিযোগ জ্ঞানযোগ খাদোক্লমসি। মীওইবগীদমক সথা অর্জুন্দ তাকপিগ্রবা শ্রীকৃষ্ণগীতা শাজং=মপালগী ওইবা ইন্দ্রিশিংনা তৌগদবা কাংলম কাংলোল লীচং=মুংগী ওইবা বুদ্ধি জ্ঞান, পুক্লিংনা থনগদব, থঙগদবা নিংগদবা নিংগদবা, কাংলোল চাবা থকপ হিপ্প শূবা তাকপা কর্ম লোচন, কৌবা মিংথোলবা অসি হৌন লোলচৎ শাজং লীচং হাঙ্গৈনা মিংথোন্দুনা ইরোন্দ হন্দোকচবনি, জগৎ য়াইফনবগীদমক্ত অইবা লেখক সাহিত্যকার অমদি থক্ল থক্লগা থোইনা হেন্না থোইরাংবা থোইথুম্নবা রস মহাও ভক্তি প্রেম ইবা লেখকশিংবু খুকমজরি। চাউনা শোঙ্গৈবা অরানবা য়াউবা কোক-পিয়ু হাঙ্গৈজগদবা ইকাঙ্গৈজে।

অমুবা শাস্ত্রী
ইরাই জগদ্বন্ধু স্নান যাত্রা
১৬-৬-২০০০ থাঙবোক।

# তৌবিমল খওবা উৎচরি

অইবা মুনিব্যাসবু খুরুম্না চংনবা শ্লোক ব্যাসায় বিষ্ণুরূপায় ব্যাসরূপায় বিষ্ণবে। নারায়নং নমস্কৃত নরঞ্চৈব নরোত্তমং দেবী সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদিরয়েৎ পরম্পরা মতুংইন্না অইবা অইবীশিংগী মফমদা আশীর্বচন নমস্কার ব্রাহৈ থমজরি অপরোক্ষা মুভূতি।

কব্রি লৈত্রবা ঐবু মনিপুর সাহিত্য পরিষদ সদস্য ওইবা মীওই অমদি লমদম অসোমগী গন্য মান্য সাহিত্য প্রেমী কল্লানা ১৯৭৮ জুনদ লিংখৎপা সাহিত্য প্রচারক সভা ব্রাংজিংগী সভাপতি খনবিব।

১। অতোপ্পা ঐগী ফননবতা নিংবিবা গরুড়পুরাণ অনুবাদ আশীর্বাদ তৌবিবা শ্রীসামবু নন্দকিশ্বর, ব্রাকোই ভাংদব চপচাবা অশেংবা ব্রাদ ভাওব শ্রীপ্রো: টি: বাবুলাল।

২। মতম চুপ্পদ মোমোন্নবা মাইখোংদ উবা লাইব্রিক কয়া ইথবা ইরক্তদোরিবা শ্রীন, বীরেন সিংহ ৩। সত্যম শিবম সুন্দরমগী ফজবা অধ্যাত্মিক ব্রাহং থম্নগা পাউখুম বৈজ্ঞানিক রসিক ফংননবা থিরিবা শ্রীইবোম্না ম্যাম্বেম।

৪। ঐখোঙ্গী ধর্ম, কর্মগী থৌওংদ মহাও মতোং ম্যাউত্রবা মকুদদা মস্তিস্কবা চংনবী অসিদ ভাব রস অহোবা অব্রাংপা লৈরিবা অসিদ শুঙাইজদবা ধর্ম গ্রন্থ আলোচনা তৌরগা মুংগী মহাও তওহন্নবা হোংনবা আলোকচক। শ্রীএম, প্রিয়ব্রত, থৌবাল কলেজ ওজা।

৫। লাইতোংবা মাইবা মাইবী রাহৈ লাইবাউ মানবা অমনা রাহৈনা মন্নিমুক্ত। তম্বা খিন্নবা উচম চনবা ব্যানিক কবিতা পুথোকপদা খুংলোইবা থমোই ভক্তিরস চেনবা মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ ওজা থৌবাল কলেজ।

৬। থাইনগী অরিবা রাবী পুয়া লাইরোল মন্ত্র মতমগী মীবোন্দ উইন্নবা হোংনবা শ্রীনিংথোনাউরিয়া ওজা ককচীং খুনৌ কলেজ।

৭। সরকারগী থবকশী পোশ্বারবা অতুপা সহিত্য সামাজ সেবাদা পোশ্বাবা হৈজদ্রপা রঘুবীর থিয়াম্না মত থম্বীগ্রবা, ' পুন্সীগী অংশেংবা পান্দম'' ইবা আই এস, অকোইজম।

৮। ঐনা মুংশিনা থমোইদা লুনা তৌজবা মেং হাদবা মীপুং খুদিং সমভাব লৈবা সাইরাম বিশ্বাসী ভক্ত পাইলোৎ একে, দেবেন্দ্র।

৯। মওং ওইবা যুক্তি যুক্ত ওইবা ভাংবা শকপা রাবে,গীতা ইবা হৈবা এন শামু প্রিন্সিপান। হান্নগী থৌবাক কলেজ।

১০। লাইনা থারকপী অইবী শ্রীমতি যমুনা।

১১। লাইগী প্রেরনা ওইবী অইবী শ্রীমতী ইন্দিরা।

১২। অইবগী মুমিৎ থম্বা পাম্বা নহারোন সাহিত্য প্রেমী।

১৩। সাহিত্য সেবকশিং ককচীং।

১৪। য়াইরিপোক থম্বাল সাহিত্য সংস্থা। সংস্কৃত অনুবাদ ভমজবা থ্বাইগী আশীর্বাদ পামজে।

১৫। মনিপুরগী য়াইক তীর্থ রারী রাথোং থিরগা ইজরিবা শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোৎ ডি, আই স্কুল।

১৬। রস ৬৪ গী রাগ রাগিনী সখী মঞ্জরী নির্ণয় ইবা অমদি শ্রীহিজম য়াইমা ইনস্পেক্টর জন (III) থৌবাল মত পীবিগ্রবা।

শ্রীমোইরাংথেম ইবোমচা স্কুল ওজা নেসনেল এৱাৰ্ডি সন্মানিত পুরস্কার প্রাপ্ত :

১৭। ধর্ম করিনো হাঙবা লাইরিক পুথোকগ্রবা মনিপুর সাহিত্য পৰিষদকী মেম্বর লোইননা সাহিত্য প্রচারক সভা ৱাংজিংগীসু কার্য্য কারী সদস্য শ্রীনিংথৌজম মনি সিংহ ময়ামগী আশীবাদ লগল মপোক/মপোক খুদিংদা শিংনবা হোৎনজবা মীওই ওইবা পামজৈ লন্দোল্লবা ঐনা।

ঋাণ অভি লাষী : –
অমুবা শাস্ত্রী, থাঙবোক

# নোঙ্মকচবা

কর্মযোগ ভক্তি যোগ জ্ঞান যোগ মীওইবা পুন্সিদ তৎন-থানবা য়াদবা মরীগী মফমশিং মীওইবগী হৌনলোনচৎ জ্ঞান বিজ্ঞানগী ধর্ম কর্ম লাইরিক কয়া ইবিরম্বা ব্যাসমুনিবু অসুম্না খুরুমৈ, অহুম্বা অইবা পুথোকবা মনিপুর সাহিত্য প্রচার সভা রাংজংগী সদস্য মীওইশিংগী মফমদ নোঙ রাহৈ থমজরি।

১। এস. নন্দকিশ্বর সিহে ভূতপুর্ব হিন্দী সিক্ষক

২। প্রো, টি বাবুলাল থৌবাল কলেজ

৩। এন; মনি রাহং কবিতা লেখক ;

৪। টিএচ, অমুবা সিংহ সাস্ত্রী সংস্কৃত প্রচারক মনিপুর খা নোংপোক।

৫। এল, কুবের সিংহ ভূতপুর্ব হেমা, থাঙবোক হাইস্কুল।

৬। নিংথৌ নাউরিয়া মনিপুর সংস্কৃতি গবেষনা কিজরিবা অইবা।

৭। ডা, এস কুমার রাংজি, রাই, কে।

৮। ইবোঙ্গম রাম্বেম সাহিত্য বিজ্ঞান আলোকচক।

৯। ডা, এস প্রিয়ব্রত সাহিত্য ধর্ম আলোচক।

১০। এন, বীরেন্দ্র সিংহ ওজা লমদিং হাইস্কুল রারেং কবিতা লেখক।

লেখক অতোপ্পদসু মতেং পাংনিংবা রাথল্লোল হেমা ২ শাস্ত্র পীবিনবা হৃষিকেশ -ইস্ত্রি পুন্নমকী মপু শ্রীকৃষ্ণদা খুরুমজরি। মখোয়সিগী মতেংনা কর্মলোচন, বিধিবাক্য হৌনলোলচৎ মিংথোনবা অনুবাদ অস্নি ফোঙজবা ওমগদৌরিবনি (শেষে ভগবৎ কৃপা)।

অমুবা শাস্ত্রী

১০/৭/২০০০ জগন্নাথ রথ যাত্রা ৮ চনথা

# য়াইফ মঙ্গল

রাকচিং

তাং ৩০ । ৬ । ২০০০ ইং

শ্রীথোকচোম অমুবা সিংহ 'শাস্ত্রী' মনিপুর সরকারগী মথাদা স্কুলগী ওজা ওইদুনা মতম শাংনা থবক তৌবিরম্লগা থবক্তগী পোৎ থাদুনা (পেনসিন কংদুনা) সমাজগী সেবা তৌদুনা অমদি নাম শোন্দুনা (লাইব্রিক হায়বগী থবক তৌদুনা) লৈরিবা ওজানি। হৌজিক হৌজিক 'মনিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা রাংজিংগী প্রসিদেন ওইবিদুনা সভাবু চাওথংনবা কন্না হোংনরিবা সাহিত্য পেমী অমনি।

শ্রীঅমুবা শাস্ত্রীনা মনিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভাগীদমক্তা সংস্কৃততগী মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌবিদুনা মমাং চহি শোক ১৯৯৯ গী সেতেম্বর থাদা গরুর পূরাণ পূর্ব খণ্ড ১০৮ অধ্যায়বু 'সংস্কৃত পাওতাক রা মচং' মিংথোন্দুনা ফোংবিথরে। অচৌবা চহি শোক ২০০০ অসিদনা 'সংস্কৃত লোলগী কর্মলোচন' বু 'শাজৎহৌনা লোনচং' মিংথোন্দুনা ফোংবিরকপা অসিগীদমক শ্রীঅমুবা শাস্ত্রীবু ওমথৈ লৈতনা থাগৎচরি।

হৌজিক-হৌজিক মনিপুর সমাজনা নোংমা-নোংমগী লৈখা অসুম অসুম তাথরকইবসিং অসিগী য়েংলুরবদি ওজানা পুথোকপীরকইবা লাইব্রিকশিং অসি মতম থেঙমল্লবনি হায়জনিংই। মরমদি মীওইবা জাতিগী ওইবা হৌন-লোনচংশিং অসি মী অদুনা থঙলকখ্রবদা মী মশা অদুদা নত্তনা ইমুং-মনুং, মচা মগুদগী মথং মথং

শাগৈ-নাতৈগা লোইননা খুজং, সমাজ অমদি জাতি ফাওবা লৈংথা তাখিবা মুংখিবা থঙহৌবা নত্তে।

মতুংদস্মু শ্রীঅমুবা শাস্ত্রী ওজানা ইশাগী ওইবা, অমদি অনু-বাদ সাহিত্য ওইনা লাইরিক কয়া ইবি-ফোংবিবক্তুনা মনিপুর সাহিত্য প্রচারক সভা রাংজিং' বু অরাংবা থাক্তা পুথংপীরকপগা লোইননা 'মনিপুরী সহিত্য লৈকোন্দা' অনৌ অনৌবা সাহিত্য কয়া খুদোল তম্বীরকখিগনি হায়বা থাজজবসি থমজবগা লোইননা শ্রীহরিগী সেবা মতম ওথনা তৌহুনা লৈবিখিনবা ভগবান শ্রীহরিগী চরন্দা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজবগা লোইননা য়াইফ মঙ্গল অসি পীজরি।

শ্রীথম্বান্দুরাম চান্দকিসোর সিংহ
কার্য্যকারিণী সদস্য
মনিপুরী সাহিত্য প্রচাকর সভা রাংজিং।

# ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়
# শ্রীশ্রীবংশীবদনায় নমঃ

ঐনা শ্রীহরিবু নিংশিংলগা খ্বাইখিবিকী মফমদা থমজরিবা রাফনদি পৃথিবীগী মীশিং য়াম্ন হেনগৎলে লোঙ্গনা ভারতকী মীশিং হৌজিক কোটি চামাদগী হেল্লে। অমুক য়াম্নবা মীশিং অয়াম্বা ধর্মনীতিদদি মহাদেশ খুদিং চাক তাংবা মীশিং মীনা থোক-পা য়ুহারাব থোকপদা ইমুং মমুং শাগে নাতে অমতগী মচিন মনাউগুম মুংশিনা মীমুংশি থবক তৌনরি, অদুবু রাজনীতিগী কূটনীতিদদি মৈতৈ কবিনা মৈ থাব "চৌংদা শাংপা ইঙেলৈ চীন্নদনা কেনবা পাম্মুই, হাঙ্গবদু মমল য়াম্নবা তাঙলবা মাওইবা মপোক রাক্ষস রজগুণ. শারম চং রাথল রাওদবা শাজং লীচং চংলগ শিখি-বা মপোক অদু ওইব তাই রাজগে, নরাল খুরুম্বা জেল চংজগে দরথাস্থ থাবা অমদি মমানা নোংশিং থাইগুম থোকপ কান্নদবা লুম্নবা মীওংপা মচা ওইদনবা আহল/লমল লাইগুরুনা থম্বারম্বা পাউমেল পাউতাক য়াহিপ চাকচ' ফজব লুবদা অতাঙবা মীওইপোক নহে য়াল্লে লাইনা পোক্লিংবা মীরমলেল লৈপাক পৃথিবী ওইবা য়াই, ঐনা তাজবা রহে পরা. চঙ্গাক্তগী থরাইজীবগী হকচাং ওই, মরম অদুনা মীওইবাদ হান্নদগী লাংবক ফবনা বুদ্ধি লৌশিং জ্ঞান মীনুংশি থমোই কোক শমতৌবা মমৈ পান্দবা নতু চোমদবা ইকাইবা, নোকপা ঈথিল খঙবা মীওইবনা সাত্বিকাহার লাইনা, লাইথুং থুং-পোক্তবা চাঙ্গাক চাব, য়েমৌনদব মচন অদুনা চাঙ্গাক থক মাঙহলফদে প্রসাদ লেম্নবা হাপহলফদে ব্রহ্মচর্য্যগী মতাংদা শ্রীচৈত-ন্যগী প্রকাশ নন্দ ইনখিবা চিঠী শাহিং চাবা কৈ নোংশানা চহিদ

অমুক্তুং নাউগর্ভগীদমক লৈমিম্মৈ ঐখোঈ মাঁওইখনি, ফংনিংবা পোং ফংথিবা মহাত্মাশিংনা ফিজুং ইন্দ্রিগী মথা পোনথিদে।

ইন্দ্র খুত্থম চনবা থা ৫ চতুর্মাস্যব্রত (কাংমত্তুংদগী হরিউত্থান ফাওবা) অমদি ধর্ম কর্মগী পর্বদিনশিং লোইননা আহল/লমন মপা-মমাগী মিপা মুপীগী থুমিংশিং ব্রহ্মচর্য ঙাকপা মাসিদা পৃথিবী অমসুং ভারতকী মীশিং ঈচাঈগুম হেনগৎলিবা অসিদ মতেং ওই-রোই। অমনা নাত্রিবৈঙেদা লাইয়েংবগী মশক ওইবা থা অমদা ৪/৫ ময়ক চাম্না হেনবা য়াম্না কান্নগনি হাঈবসি চাক-ঈশিং হেঞ্জিল্-বগী লাঙ্গনা লাইচং ফখিগনি থাজে।

হাঈরব চাকচা ফজনা নিয়ম নাইবদা লাইনা পামজবা মাঁওইবনা খুন্দাবা পৃথিবী অমদি সুখ শাস্ত্রীগী ইমুং ওইগনি থাজে। থাজদবা অমনা অনিশুবা আশ্রম লুহোংব মথল ৮ গী মনুংদা পঙনা থোক্তবা রাক্ষস পিশাচ অত্থগা ঈনখংলকপা পাখং লৈশাবী অনিগী গন্ধর্ব বিবাহ চেনহোং মাসিদি চতুমাস্য ব্রতগী মা নাকল থম্নগা কাল লোখি মাসিদি মীশিং হেনগৎনবা ঈনোং পীবনি।

ঐগী মরূপ লাইশ্রম ইবোতোম্বা মথা লৈকাইনা কলমনা ইবা লাতমগী কর্মলোচন হৌন লোনচৎ কাংলোল য়াউবা অনুবাদ অসি তৌননবা পীবিরে, খণ্ডদ খণ্ডদ অনুবাদ তৌনবা হোৎনৈ। অশোইবা কয়া য়াউরমগনি থদবস্থু হংলুফমস্থু থজদে।

সংস্কৃত পণ্ডিত শ্রীগৌমনিত্যাই শর্ম্মগী পুরোহিত দর্পণ লৌবদা মাত্থগী অরোইবদ বিধি বাক্য হাঈনা থর য়াউই। গুরু ভাইদি চীনদা পুরম্মী শ্লোক অয়াম্বা ঐ ওকই। ঐনা থাজে আহল/লমন লাইগুরুনা হাঈবিবা য়াহিপ চাকচা নিয়ম ঙাক্লগদি মীশিং লৈকনি স্বর্গগী লাই মহাত্মাশিংনা পোকনিংনা মীরৈপাক পৃথিবী

ওইহনসি লাইরৈপাকপু কল্লকহনসি। চহি ১০০ না শতাব্দী শাবা লোইরকপা ২১ শুবা চংলকপা অসিদ বৈজ্ঞানিকশিংনা হকথেংননা ফংহনবিরবা পদার্থশিং শেমগৎ শাগৎপ হেন্না চাউখৎনবা হোৎনসি মী শা শল জীবা কয়া শিবা খণ্ড প্রলয় থুলাই অতুনা লাইরব অপঙবা অনাবা লৈহন্দবা লৌশিং শিংহনবদা তৌরসি তৌরিবা অসিদগী হেনগৎহনসি লাইনা পোকনিংবা অতাংবা ধন্যকলি যুগ ওইহনসি, কর্মযোগ, ভক্তিযোগ, জ্ঞান যোগ অহুম অসি ১/১ শিজিন্নবদ ময়াইগী মীনুংশি ভক্তি যোগ থাদোক্লুমশি মীওইবগীদমক সখা অর্জুনদ তাক-পীখ্রবা শ্রীকৃষ্ণগীতা, শাজৎ = মপালগী ওইব ইন্দ্রিশিংনা তৌগদবা কাংলম কাংলোল লীজৎ = নুংগী ওইবা বুদ্ধি জ্ঞান পুক্লিংনা খনগ-দব, খঙগদবা নিংগদবা, কাংলোল, চাকচা য়াহিপ থবক তাকপা কর্মলোচন, কৌবা মিংথোলবা অসি হৌন লোলচৎ শাজৎ লীচৎ হাঈনা মিংথোন্দুনা ইরোন্দ হন্দোকচবনি জগৎ য়াইফনবগীদমক্তা অইবা লেথক সাহিত্যকার অমদি থক্ল, থক্লগা খোইনা হেন্না খৌরাংবা খোইথুম্নবা রস মহাও ভক্তি প্রেম ইবা কবি লেখকশিংবু থুক্লমজরি। মহাও য়াওদবনি চাউনা শোঈবা অরানবা য়াউবা কোকপিয়ু হাঈগদবা ইকাইজে।

অমুবা শাস্ত্রী

ইরাই জগবন্ধু স্নানযাত্রা ১৬/৬/২০০০

খাঙবোক।

# প্রেসকী তৌবিমল উৎচবা ৱাহে

হান্নদগী চহি ৩০ গী মমাংদগী ইরোন্দ হন্দোক্তুনা লৈরবা অহল/লমন্দগী অমদি বিদগ্ধমুখ মণ্ডলদগী তাজবা পাক্তনদগী খণ্ড-জবা শ্লোক পাউখোংগী ছাপ নম্লগা ফোঙনবা তাঞ্জা খুদোংচাবা লৈত্তবদগী থাঙবোক্তা অনৌবা প্রেস লৈবা উবদগী মাহুদা ফোঙনবা হান্ননা প্রেসকী চঙগদবা লুপা লোইনা পুথোকচৈ মাহু হোংনবা মপুহু শোগংপিনবা ৱাংপা অম'দ মশাগী শেন্মৌং লৈত্তব-দগী কোপী থর ফোঙবদগী হৌজিক্তী নিনাই প্রেসতা শিন্নরম্লগা কলম অমস্থু পুবগা অহুম হল্লকথিদ্রে, 'অহুবু প্রেস অসিগী মীওইশিং অসি সংস্কৃতপু নুংশিবা ঙাক্তা ওইরম্মী ঐনা সংস্কৃত পাম্বে অমা নিংশিংই (ভম্পক পট্টবাস ন্যায়) উপুদা লৈহাউ থনগা লৌথোকপ্রবস্থু মনমদি অহুম লৈহোই হাঙ্গৈনবগুম প্রেস অসিনা গরুড়-পুরাণ পূব খণ্ড ১ দি কর্মলোচন অথুবা মতমদা ফোঙদোকপিনবা থৌদাং লৌবিবগা লোইননা অতোপ্প অতৈ সংস্কৃত অনুবাদ ফোঙসি তাকপিব অসি-মক নিমাই প্রেসকী য়াইফ মঙ্গল পীবিনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরি জগদবন্ধু রথ যাত্রা ৮ চনবা।

অমুবা শাস্ত্রী
থাঙবোক ১০/৭/২০০০

# শাজং হৌনা লোনচং

শ্রীকৃষ্ণম্‌বন্দেজগদগুরুম

শ্রীগণেশায় লম্বোদরায় গণপতয়ে নমঃ

---

হরে কৃষ্ণ—

ভূরিশাস্ত্র্য সমালোক্য বালানাং জ্ঞানহেত্তবে ।।

অষ্টোত্তর শতং লোকং বক্ষতে কর্ম লোচনং । ১

অচৌ অচৌবা লাইরিক কয়া কুপ্ন য়েংলগা মীওইবা পুন্সগী মচুংদা অঙাং ওইবা বাখল লৌশিংদা হেন্না কান্নগদবা ফংগৎনবগী শ্লোক ১০৮ চাময়নিপালগী তৌগদবা থবক থোওং কাংথিং হাঈ ।।

হরে কৃষ্ণ—

উদিতে জগতি নাথে যঃ কুর্য্যাদ্দন্ত ধাবনং ।

সঃ পাপিষ্ঠ কথংক্রয়াৎ পূজয়ামি জানাদর্দনং ।।২

মীওইবদি ওন্না অহিং তূম্নগা নুমিং থোক্লিংৈদা যাহৌবগা চী-যা শেংদোকদবা ওঈ । অতুঘা অন্তর্জামি শ্রীকৃষ্ণ প্রতিমা পূজা তৌই । মাসিদা নিপা মহাকপু পাপ চেল্লি করম্না কবিগী পাপ চেনবা হাঈগদবা ওইবগে হাঈকম লৈতে ওন্না হৌকম থোকপনি ঈশ্বরগী নিত্যদাসনি কাউকম থোক্কে ।।২ নত্তচুনা মাহৌথেংনা হৌরগা চীন-য়া শেংবদ্রি হৌনদে । (সদাচারদ-মশাগী ওইনা মতম নাইদবা হৌনদে) ।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

দক্ষিনাভি মুখি ভূত্বা পশ্চিমাভি মুখস্ত যঃ

ন দন্তধাবনং কুর্য্যাযদি নাকী ভবেৎ ।।৩

চীন-য়া শেংবগী থবক্ত মাইয়োল মথা নোংচুপ ওল্লগা তৌবদি অক্বা ওইদে অহুনা য়ারিবা মথৈ মথা নোংচুপ ওল্লোইদৌবা ওই। নৌতুনতা লৈবা নো,ম নোংমগী ওইবা মীৎনা উবা লাই কোইরু-হনবা মুমিং নোংপোক। সূর্য্যা নারান কাশ্যপ মপারীজীবে দৃষ্টী।

হরে হরে—

মধ্যমানামিকাভ্যাঞ্চ রঙ্গাঙ্গুষ্টৈন বা দ্বিজ।

দন্তস্য ধাবনং কুর্য্যা পর্জ্জন্য নকদাচন ॥৪

খুবী খুনিংথৌ খুৎয়াই অসিমা চপ্লুগ য়া শেংগদবা ওই খুদোঙ্গীনা করিগুম্বদা তৌফদে, দশ কর্ম্মগী মমুংদা সংস্কার ফংলবা অমদি মমা মপা লৈবা মীনা অভাং মীনা (হাঙীবদি তাকপিনবা লৈরবা)।৪

হরে রাম—

অশ্বত্থ বট বিম্বানাং থাত্রা কাষ্ঠ কায়া বুধঃ।

নদন্ত ধাবনং কুর্য্যাৎ কুর্য্যাচ্চে নারকীভবেৎ ॥৫

চীন-য়া সেংবসি স্নাথোংনা' বত্ত হৈ থাগোক ১দি শীঙ্ উত্তংরানা ক্লাং লাংগোম তৌফদে তৌরুরগদি অক্বা ওইদে।।৫

হরে রাম—

যঃ স্নানঃ সময়ে কুর্য্যাদম্নী দন্তধাবনং।

নৈরাশ্যা: পিতরো যান্তিতস্য বাস্থুরিরাসমং ॥৬

ঈরুজবা মতমদা চীন-য়া শে'বা মীনা ঈশি'দা কামশিনফদে। ঈশিংদা চীন তে.শিন্নগদি ইপা ইপু লাইওইগ্রবশি'না নিংবা কাঈ ঈশিং অহুনা ইপা ইপুদা তর্পণ ঈশি খুজোক কংপদা লৈবাক মচা তা'দে পিতৃবাণ করিনা ওইগনি। চীন তোশিন্নবা ঈশিং অহ যুগ মান্নে। তেংশিনগমু তেংশিনফদে ।।৬

রাম রাম—

দন্তস্য ধাবনং কুর্য্যাদ্যো মধ্যাহ্নে পরাহ্নে সঃ।

তস্য পুষ্পং ন গৃহ্ণান্তি দেবতা পিতরো জলং ॥৭

মরম অহুনা চীন-য়া শেংবসি হুমিং ঘুংবদা চাইথরকপদ তৌবস্থ হৌনদে, মী অহুনা কংপা হৈ-নৈ ঈশিং ঈশ্বরনা ইপা ইপুনা লৌবি-দে লোঈননা ভানবিদে ॥৭

হরে কৃষ্ণ—

পিতৃ শ্রদ্ধদিনে তথা উপবাসদিনে বিপ্রঃ।

ন তং ফলমবাপ্নোতি দন্তধাবনং কুর্ব্বরঃ ॥৮

শ্রাদ্ধ হুমিং অহুগা ব্রত নিয়ন অমগী মথা পোন্দুনা চারা হেন্নবা মীনা চীন য়া শেংবা হাঈবসি তৌফদে নী অহুনা কচ্চবা তৌজবা থবকী মহৈ ফংদে। গাঈবদি ভক্তি ফংননবা অপেনবা ফংননবা ওইবা থবক অকদবা উঈল অমা নৈ মী অহুগী থগোই পুক্লিং অহু ঈশ্বরগী নাক্ত লৈরে অধি,-নৈ, উপ-নে উপসর্গ ময়েক অশিনা বস্-ধাতুগী মথক্ত লৈবনা ইশ্বরগী নাক্ত লৈবা থঙ্নৈ অহুনা পুমশেংবা মাগী নাক্ত লৈবা অধিবাস, উপবা, মপালগী পোংকা মরী লৈনবা চীন নৈ অসিগা করি অমতা মাম্নবা য়াদ্রে লৈগী মথা পোনবা মহাউদা মিতাননবা য়া শেংবা ফাওবা য়াদে হাঈবিবনি মাসিদি হুমিং মশক উরিবা খোক্লিবা ফাওবা চীন্দ করি অমতা তংবা চাবা য়াদবা চন্না হেনবা ( রোজা অহুগা অম্নানি ) অকনবা ব্রত নিয়মদা লৈননবা অহকপ, মাফম অসি থম্লিবনি। অহোরাত্র নাম শোনবদ অতুম শেংহুনা লৈবহুনি চীন-থা শেংদ্রবস্থ য়াই ॥৮

হরে কৃষ্ণ—

অপ্রাপ্তে দণ্ডকাষ্ঠানাং প্রাত যেদ্ধদিমে তথা।

অপাং দ্বাদশং গণ্ডুষৈ মুখংশুদ্ধি বিধিয়তে ॥৯

হুরিং খোক্তি,ছৈদা য়াহৌবা অত্তুদা চীন য়াশেংচৈ কংদবা খুদোং চাদব অমদি শ্রদ্ধ হুমিং চারা হেনবা হুমিং য়াদবত্তুদা ঈশিং খুজোক শরানিথোইনা চীন থা শেংবদি য়াই চীন তেংথোক্কদরা ওই ॥৯

হরে কৃষ্ণ—

প্রাত স্নানং ব্রতে শ্রাদ্ধে দ্বাদশ্যাংগ্রহনে তথ ।

মদ্যলেপং সমং তৈল্যং তস্মাত্তৈল্যংবিবর্জয়েৎ ॥১০

মেরা, রাকচীং শজিবু থা ৩ অসি অয়ুক ঈশঙ্জবা ফবগী রায়েল অম লৈ মাসিদা থাউ তৈব হৌনদে অমদি একাদশী পারণা হুমিং দ্বাদশী, শ্রাদ্ধ হুমিং অত্তুগা গ্রহন হুমিং হাঙ্গরিবশিং অসিদা থাউ তৈবদি যু তৈবগা মান্নে মবম অসিদগী থাউ তৈবা তোক্কদবা থাদোক্কদবা ওই ।১০

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

তুলা মকর মেষেষু প্রাতঃ স্নানং বিধিয়তে ॥

নিরামিষং হবিষ্যন্না মহাপাতক নাশনং ॥১১

হুমিং খোংচংনা সেবি মেরা থা রাকচীং থা শজিবু থাদা লৈবা মতমদা অয়ুক ঈরুজবা স্নান্না ফয়ে অমনা ভা চাদবা ঘি চাবদি অচৌবা পাপ লোকই । ধর্ম কর্মদ জীব হিংসা তৌদবা ভা চাদবা কৈ শ্রাদ্ধ দিবস উৎসব অমদি অভাংশী নাহুৎ মারেং চুড়াকরণ, উপনয়নদা ভা তৌক্কদে দশকর্ম ॥১১

অমা (মৌস) স্নানং শয্যা শ্রাদ্ধে দক্ষিনা মুখি ভোজনং ।

হরে হরে—

যাবৎ পিতা ন কুৰ্ব্বিত কৃতে চ পিতৃহ্নভবেৎ ॥১২

নিংথৌকাবা থাশি হুমিং গয়াদ শ্রাদ্ধ তর্পন তৌবা, মাই মথা ওল্লগা চাবা, মাসি মপা লৈরিবা ফাওবা তৌবা হৌরদে । হৌনদবা থবক

অসি তৌরবদা মপা হাংপা পাপ পুই। করিনা মপা লৈরিবৈদা মপাগী মিং তর্পণ হান্না পীবগুম থোকই ।।১২

কাম্য কর্মদা থবক থৌওং রাহৈ রাখল লালযদে। ইন্দ্রশত্রু-বর্দ্ধগ,) হাঙ্গীরুবা তোষ্টানা ওন্নতৈনবা যল ফংখি। ভা.

হরে রাম—

করেন মার্জনং গাত্রংস্নান বস্ত্রেন বাযদি।

শ্বান্নচিষ্ট ভবেদ্ গাত্রং পুনঃ স্নানেনশুদ্ধ্যতে ।।১৩

ইকজবদা ফি খুদৈনা ঈকজবা ফৈ নত্তুনা খুৎনা তকথোক নাঙ্গোকপা তৌকরবদি অমুক হন্না ঈকজবগা শেংদবা ওই ।। ইকচা ড়ু।

হরে রাম—

ইষদ্ধৌতং স্ত্রীয় ধৌতং যদ্ধৌতং রজকেন চ।

অধৌতং তদ্ বিজানী যাদ্দশাদখিন পশ্চিমে ।।১৪

অমোংপা কোক্তবা থবশুবা নুপীনা ধোবীনা শুবা ফি তদু শেংদে থণ্ড্ নগনি অদুগা যিজী অদু মথা নোংচুপ ওন্না শুবস্নু শেংদে (অরাংগা নোংপোক ওন্না শুবনা ফৈ) ১৪

রাম রাম—

শোন শাকং বৃথা মাংসং করেন মথনংদধি

তর্জন্যা দন্তধাবনং সদ্য গোমাংসং ভক্ষনং ।।১৫

ঈ মচু মানবা মনামশীংগী শাক নোংলেলব শা চাবা খুৎনা শঙ্গোঃ অফস্বা নৈবা খুদোম্বীনা য়া তকথোকপা মাসি তৌযদব-মক্রি অহক্পা তৌবদা শুকয়া য়াদবা পনবা হৌনদবা শংগী মাংস শাদো চাবা খুদক অতুমকদা মাম্নবা ওই ।। (শুক্তৌ তৌদনবা অহক্প রাহৌ)।১৫

হরে হরে—

অধমং কুপকে স্নানং বাপি স্নানঞ্চ মধ্যমং।

গৃহেচবর্জ্জযেৎ স্নানমুত্তমঞ্চ নদীজলে॥১৬

ঈরুজবদা হকচা চেম্লকবদি তুবেল ঈচেন্দনা হেল্লি। গুহাদ হইস্থ যুমগী পুখ্রি মচাদ য়াইমবপ্ ওই। অশেংবা অল্লাবা ঈশিং ঈরুবা চাবা থকপা কৈ॥১৬

হরে কৃষ্ণ—

দেবার্চ্চাচমনে স্নানেব্রত্তে শ্রাদ্ধে ক্রিয়াদিযু।

নভবেৎ মুক্তকেশশ্চ নৈকবগদ্র ধরস্তথা॥১৭

লাইপুজা তৌবা আচমন স্নান তৌবদা ব্রতশ্রাদ্ধ থবক পুম্নমক্ক কোক শম খুমজিনগনি ফি অমা থাফদে।১৭

হরে কৃষ্ণ –

যজ্ঞ দানং তপো হোমং শ্রাদ্ধম্বাপিতৃ তর্পণং।

বৃথা ভবন্তি রাজেন্দ্র উৰ্দ্ধ পুণ্ড্রংবিনা কৃতং॥১৮

যজ্ঞ দানং তপঃ হোম শ্রাদ্ধপিতৃ তর্পণদা ওইরগম্ম লৈপাক্কী চন্দন থীন্দবা হৌনদে। থীন্দ্রগদি থিনবা নত্তনা হে নিংথৌ অবেম্বা তাই উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপনা অমহা ওই কান্নেদে॥১৮ (লৈপাক চন্দন অসিদা গুণ ৫ য়াউই)।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

যৎকণ্ঠে তুলসী নাস্তিযোননর জ্ঞাতুর্ব্বলঃ।

গ্রাসে গ্রাসে মলং ভুঙতে জলঞ্চরুধিরংভবেৎ॥১৯

মী অহুগী ওক্ক মশাদা তুলসী য়াওদ্রগদি মহাক অহু লৌশিং পাঙ্গল শোল্লি। চাব থকপা অগা খুদিংদা অমোংপা অমাংবা চাবগা

পাংথক্লি থক্লিবা ঈশিং অতু ঈ থকপগা মান্নে।১৯ (ভক্তি সাধন্দা উপায় য়াম্না ওই লোইননা আয়ুর্বেদগী মাইকৈদ কান্নবা মথল ৫৬ শীংথাই)।। তুলসী পাম্বীদি মীওইবজাতিগী ধর্মগী পাঙ্গল লৌশিং অনাবা কললহনবা লোইননা ভক্তি প্রেম য়াকাইহলবা মশক্না, মন ম্না পালগী মনুংগী হকথ'নবা ইফদফবা লুনা তৌগদবা পোৎশক্নি। বৈষ্ণব ধর্মগী হৈরা, লুক কৎপদ চিন্ময় ভগবাননা পেল্লি হাঙ্গৈবা ককপা য়াদ্রবা বেদ বানিনি। অখণ্ডবনা হান্নন হাঈহুনা হোংবা য়াদ্রবা চৎনহুনা লাক্লবা চৎনরিবা রূঢ়ীনি।

হরে হরে, কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

পুষ্প হস্তে জলে জল হস্ত তৈল্যাঙ্গেচ জলস্থিতে।

আশীর্ব্বাদ নমস্কতোরুভযোঃ নারকী ভবেৎ।।

খুকম্বা হাঈবসি হকচাংগী নোল্লুকপা থকশি খাসি উৎপা থঙনবা খুদম্লি অহুনা খুত্তা লৈ পুরিবৈ অমদি ঈশিং পুরিবৈ ঈশিংদা লৈরিবৈদা থাউ তৈরিবৈ খুকমফদে, করিনা খুকম্লিবা ওকলিবা অনিগী অফবা ওইদে। (তৌদনবা ব্রারোল) খুরুম্বা ওকপা।২০

হরে রাম—

নবমৃদ্ধারে পাকং কুরুতেচ নরাধিপ।

অনলং খাচকে দদ্যাত্তৎপাকং তস্যপাকবৎ।২১

হে নিংথৌও অনৌবা লৈপাক্কী চফুদা চাক এনসাং থোংবা অমসুং চাকখুম লৈরং অহুদগী মৈনিবা মীদা মৈ পীবা হৌনদে মৈ পীবদি মৈ লৌরিবা মী অহুনা থোংবগুম্বনি। ভগবত কৎনবা থোংবা নফম অহুদা পুজারী অমদি সেবারী অতৈনা থরুবা চা লোলবস্থ য়াদে। (কৎপা য়েনবদা চীনখুম ফি শিজিন্নবা) অহুনা লংলবা খুদমনি মীয়ান প্রসাদ ফংলিবৈ অমদি য়েল্লিবৈদ অয়েলবা অচাবা অনি ব্রা ভাংফদে

অন্নাং অপাগী টহল (চখোক চংশিন তৌরিবা মীওইতনা) ২১ ন্না (ভাংলগদী প্রসাদবু থাজবা লৈপাক মচা তাবা ভক্ত নত্তবা ওইনা লৌবদা হেন্সিন্নোই)। শ্রীগোবিন্দগী লুক থেনগৎপদ তৌন্নিবন্থ কাউফদে।

হরে রাম—

শূদ্রস্যাগ্নি ঞ্চ যোদদ্যাৎ পাক কামেবিশেষত:।
শূদ্রশাকং ভবেদন্নং ব্রাহ্মণ: শূদ্রতাং ব্রজেৎ।।২২

অমোংপা চাকথুম চংবা য়াদবা মীদ, অথন্নবা থোংবা মতমদা মীবা লৌবা তৌবা হাঙ্গীবসি অমোংপা মীনা থোংবা চাক ওইফম থোকই, থোংলিবা ব্রাহ্মণ অক্কব অক্কুস্থ শূদ্রগী মওং মতৌ ওইরে। শূদ্র লাঙ্গীনা তিন্না পকপা লূদবা মী।।২২

রাম রাম—

আয়ুষমান প্রাঙমুখো ভুঞ্জেৎ যশস্বী দক্ষিনামুখ:।
প্রত্যঙমু খোইপার্থ লাভোবৃত তুঙ্‌তে উদংমুখম্।।২৩

পুন্সি মুংশাংবা পান্বনা নোংপোক ওন্দুনা চাবা মিংচং পান্বনা মথা ওলবা অক্তুগা শেল থুম পান্বনা নোংচুপ ওলবা মহৈহিংদবা নিবকা মীনা অন্নাং ওন্দুনা চাবা হৌনৈ। চাকচাবগী মাইয়োল।

হরে হরে—

পতিতানাং পঙ্‌ক্তি তুল্য ভোজনে পতিতোভবেৎ।
ভবমনা বান্নিনা বাপি মণ্ডলং করেরেৎ ততঃ।।২৪

চাকচা ন্নাহিব কান্বা মীগা পরেং মান্নবা চামিন্নবদা লবাকমচা তাদবা ওই, অক্তুবা ইশাগী অতোপ্পগী ক্ষব, উংনব, ঈশিংনন্না লৈয়ীনন্না অমনদি চাকলুক চাকথুম অলক তৌবা হৌনৈ চাবা হৌবা তোকপা মান্নবা।।২৪

হরে কৃষ্ণ—

অকৃত্বা বৈশ্বদেবঞ্চ ভুঙ্‌ক্তে পাত্র সংস্থিতে ।
তেষামন্নঞ্চ যক্ষস্তে হৃত্যু লশাংসি বলানি ।।২৫

ঈশিংনা করিনা চৈথাল তৌদনা চারিবা চাকলুক্তা লোয়হৌবা ১দি চাকথুম লৈহৌবা মথোঙ্গী চাক অদু অরেম্বদা মাঙ্‌হই জীব জগুদা পীজবদু হৌমদে, পাঙ্গল লৌশিং মাঙই হকচাং শঙ্কর থেম্ন-রবদু অন্তর্যামী ভগবাননা লৌইনবা জীবদি চপ মাইগৈ কনাদসু অরেম্বা পীজকম থেংক্তে অচুনা লৈরকা হাপচনবা হৌরদে লোইহনকদু হৌনদে চীঙ্গাক প্রশাদদু লুনা জৌবগা লোইনমা তীন-কাম-হীরিংগী হান্না থাদোকদবনি ভূত যজ্ঞ, অমমা মশক মহাক্ত মনম শোকপ; থোক্কেল বৈশ্যা মাত্র ৫ গুনা লাউবা পৃথিবীদা থম্ব থাদোকপসু হৌনৈ করিনা হিংনবা চীঙ্গাক্ত মঙোন্দগী থোকপা ঙাক্কনি। চীঙ্গাক অরেম্বদা মাঙ্‌হনবদি মিংচং পাঙ্গল অরেম্বদা মাঙ্‌বা ওই। সাধুশিংনা মশাগা পান্দম্নহনা জীবশিংবু লুনা তৌই মুংশিগা জীববু লুনা তৌবদি ঈশ্বরনসু চানবি। হুই হৌদোং যেক্তা ভক্ত অরেম্বা পীজগদু অশেংবা পীজো ভক্ত ওইনিংলবদি ।।২৫

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

তুলসী বিল্ব পত্রানি ফলাঞ্চ কুসুমানি চ ।
এতানি পূন্য বস্তুনি পুনঃ প্রক্ষাল্য পূজয়েৎ ।।২৬

তুলসী হৈথাগোক মনাশিং অমসুং উহৈশিং লৈশিং মথোঙ্গ অসি অশেংবা পোংশিংনি কৎপ্রবসু অমুক চামথোক্লগা লাইদা কৎকনি। ঈশ্বরনা পীমবিবনি। মাসি ভক্তিনা পীবদা শ্রীকৃষ্ণনা লৌবী ।।
ভক্তিপ্রিয় মাধব গীতা অঃ ৭

হরে হরে—

এক পাত্রে যদা ভুঙ্‌ক্তে বাম পার্শ্বস্থিতেজলং ।
গ্রাসে গ্রাসে মলং ভুঙ্‌ক্তে জলঞ্চ রুধিরং ভবেৎ ।।২

চাক চাবা মতমদা ঈশিং থক্নবা পাত্র অমছু য়েত্তা থম্বা হৌনৈ ওই ওইদা থম্বদি লৈবাক মচা তাদবা ওই চাকখোম খুদিং অমোংপ থকপগুমী।

হরে রাম—

আদ্য বারি হরেৎপিতং মধ্যবারি সুখংপ্রদং।

অন্তেচ পাচকং বারি ভোজনে বারিলক্ষণং। ২৮

প্রসাদ চাক চাবদা অহানবা থক্লিবা আচমন অছু থোনাউ চীনগী লোক তিন শেংই ময়াইদা থকপা অহুনা হকচাং মুত্তাইহন্নি অয়োই-বদা থকপনা চাথবা চীঞ্জাক তুমহন্নি। মাসি অশেংবা ঈশিংগী মগুং মতৌ খুদমনি। ২৮ (ভক্তনা পামজবা চরণ পদ্ম নিংশিংহন্নি) শেংলবা খোঙ্ থম্বালদগী থোক্লকপা ঈশিং বিরাটভগবান।।২৮ পুরার্ণকথা

হরে রাম—

পরিবেপন কালেচ ভোক্তা স্পৃশতি যদিবা।

যদুচ্চিষ্টং ভবেদন্নং পরিবর্জমিতি যমুতি।।২৯

চাক-শিনবা য়েনবা মতমদা অচাবদা শোকউরবা অছু ওইরবদি মছু লুথাক ওই অহুনা মাছু থাদোকনি মাসি মৃতিনা হাঈবনি।।২৯ অদ্বৈতনা চাক শিনবদা নিত্যানন্দনা শাউহুনা চাক চাইথোকপদা মরু অমা অদ্বৈতদা পকথি প্রভু চাবা তোকথি অদ্বৈতদি হরাউহুনা কৃপা কংলে থনথি। অচাবগা অয়েলবগা শোক্নবা য়াদে।। শাস্ত্র সম্মতনি। লেমহলবা হৌনদে, লেমহন্নবা হাপহলবসু হৌনদে হাপ্প লোবা ২ মাগুমিয়ৈ। লৈবাকমচা তাদবা ওই চীঞ্জাক ব্রজনি।

রাম রাম—

খাদিতানি লুন খাদি মোদকানি ফলানিচ।

প্রত্যক্ষে লবনং দধ্যাৎ সদ্য গোমাংসভক্ষনং।।৩০

মত্মাও ঐলনা কবোক উইহে থন্না চান্নগা থমগনু হাউই হাঙ্গ-
ছুনা অমুক চানবা তৌগনু মাঙ্‌দা থুম কেক থকেনু থান্নগা
চাবা হাঙ্গৈবসিদি নামুংবা মঙ্‌দা ফাওবা চাবা থাদবা পোৎ
চাবগা মানৈ। অথঙ্‌বনা হাঙ্গৈবনিনা অহকপা অখিংবা অসি
থম্মী তৌদনবা ॥৩০ ( উইহে রাহে কবোক লজ্জ চপচাবা
অথা অয়াক অথুম্বা হাপথ্রবনি। চিনী চাবদ চুহিদা লুপ্লগা
চাগনু)। উইহে রাহে চু প্রকৃতিনা মচল চানা থোংলবনি

হরে কৃষ্ণ—

অপোশনে চাচমান পয়মেচা যেষু চ দ্বিজ
শব্দং ন কার য়েদ্বিপ্রঃ কুর্য্যাচ্চে নারকীভবেৎ ॥৩১

ঈশিং থুজোক থকপা মতমদা অমদি আচমন তৌবদা মহী
লাওবা থকপদা অহুগা শঙ্গোম থকপা চুপ্পুনা চাবা পোৎমা
ঙাংবা থোঙ্গেল থোকহনফদে থোঙ্গেল থোক্না ঙাংলগদি হাপলি
অনাবা নরক ফংগনি ঈশিং হাবা শঙ্গোম হাবা অনাবগী মশক্কি ॥

হরে কৃষ্ণ—

তাম্রপাত্রে পয়ঃ পানং উচ্ছিষ্ট ঘৃত ভোজনম্।
দুগ্ধেচে লবণ প্রাশং ঃ পদ্যো গো মাংস ভক্ষণম্ ॥৩২

কোরি পাত্রদ শঙ্গোম থকফদে লুখাক চক্সিকতা খি তোংলগা
চাবা শঙ্গোমদ থুমগা য়ামহুনা চাবা শুকহৌ হৌনদে। চাক
থকউনবদি চাবা হৌনদবা নামুংবা য়েমৌনবা পোৎ চাবনি হৃ
ওলবনি ॥৩২

হরে কৃষ্ণ—

ছত্রাকং নালিকশাকং দগ্ধমীনস্য মস্তকং।
বার্ত্তাকীমন্ন পাকেন গদ্যো গোমাংস ভক্ষণম্ ॥৩৩

শক্তি চেক্‌ম মশক মহাক্ত খুণ্ডবা কোঙমনি থককী ওইবা মনা মশিঙ্‌ শাক অতুপা ঙা মকাব অয়িবগী 'মকোক লুকং চাকসে অমদি চাক্ত ঙানবা মুন্দবা থাম্মেল চাবা হৌনদে লাইথুং শানগনি চাক হৌরুবা পোৎচাব শকই চঙ্গৌহেদে ।। অনাংবা পাম্বীগী মনা শাক মাবস্থ হৌনদে । ( লিমোন শোত্রিমনা )

হরে হরে—

গোর্বশ্চ মর্মিং ধৎ ক্ষীরং ফলে জাম্বীরমামিবম্প
আমিধং রক্ত শাকঞ্চসর্বঞ্চ দগ্ধ মামিযম্ ।।৩৪

শল শঙ্গোম নগুবা অতৈগী মখোয়গী ক্ষীরদি ঙাগা অমত্তানি লাইদা কৎকদে ঈগুম ঙাঙবা মনা মঊগী শাকশু ঙাগুম্বী অচুগা অমৌবা পোৎ পুন্নমক ঙাক্তবনি লৌগনি কৎহৈদে ।।৩৪ সাত্বিক আহারনত্তে আ ।।

হরে রাম—

অলাবু বর্ত্তুলাকার বার্ত্তাকী চুগ্ধ বনিকা ।
প্রানান্তেচ ন ভক্ষয়েৎ দগ্ধমন্নং কলম্বিকা ।।৩৫

মতুম তাবা খোঙক্রম তৌক্রোক ঙৌবা শঙ্গোম মচুগা মাম্নবা থামেন মখোঙ্গী অসি ভক্তি সাধন তৌবা সাত্বিকহায় তৌবা মীনা থবাই থাক্লদাই পুন্সি লোইরক্লাইদা থেরীকা ওবা চাম্নোই-জোবনী অচুগা পুন্নকা কারবা চাক কলম্বি । মখোঙ্গী অসি ভক্তি সাধনদা থুরৌ চেন্নি ভক্তি-ময়োল তোংবা বাংলি ।।৩৬

হরে রাম

মাষমামিষমৎস্যঞ্চ মণ্ডরং নিম্বপত্রকম্ ।
ভক্ষয়েদ যোয়বে বারে সাপ্তজন্মন্য পুত্রাকং ।।৩৬

লোংমাইজিং মুমিঙা শগোল হয়াই ঙা হয়াই মগুরী অতম্না

নিম মনাবু চাকদে চারুবা মী অহু মপোক ৭ তা মচা ফংদবা ওই ফংলোই, ( পরোক্ষবাদ অঙবনা হাঙ্গৈবনি ) হাথল্লা আ য়ৌনা উরবা।

রাম রাম—

আর্দ্রকংমধুপানঞ্চ য. করোতি রবেদিনে।

সপ্তজন্মভবেদ্রোগী জন্ম জন্ম দরিদ্রতা ॥ ৩৭

নোংমাইজিং সুমিত্তা শিং অথুম্বা চুহি থকপা অসিসু লাঈনা লাইথুং চেনবা ওই অহুগা মপোক খুদিং লাইরবা লাইথুং ওই ॥৩

হরে হরে—

যানি কানি চ পাপানি ব্রহ্ম হত্যাদিকানিচ ॥

তন্নমাশ্রিত্য (পাপানি) তিষ্ঠন্তি সংপ্রপ্তে হরিবাসরে ॥ ৩৮

মথক্ত হাঙ্গৈগ্রিবা লাঈনা লাইথুং লাইরবা, পাপশিং চীঙ্গাক চাক চেংদা ব্রহ্ম হত্যাগী পাপ চংহুনা লৈ হরিগী সুমিং একাদশী পুংকম অসিদা অহুনা সুমিং অসি চার তঙাই ফদনা হেনগদবা ওই ॥ ৩৮

হরে কৃষ্ণ—

দশমেকাদশীবিদ্ধা গান্ধারী তামুপাসিতা ।

তস্যাঃ পুত্রশতং নষ্ট তস্মাত্তাং পরিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৩৯

চাক চীঙ্গাক্তা পাপ কয়া চংহুনা লৈ হাঙ্গৈবা একাদশী অসি করম্বনো হাঙ্গৈববু শুক্লা কৃষ্ণা অনিগী ১০ নি পানবগা পকশিন্নবা একাদশী অহুদি চারা হেল্লোই ১০ গা পকশিন্নবা একাদশী গান্ধারী সতীনা চারা হেললুবদগী মচা ১০০ লোইনা মাঙখি-শিখি। মসিদি চারা হেনকরোই ॥ ৩৯

হরে কৃষ্ণ—

> দ্বাদশ্যাঃ প্রথম পাদো হরিবাসর সংজ্ঞকঃ।
> তমতিক্রম্য কুর্বীত পারণংবিষ্ণুতৎপর ।। ৪০

অহুম্না ১০ গা পক্সবা ১১ শুবী একাদশী অহু চান্না হেন্দনা ১২ দ্বাদশীগী অহান পুংকম চ'বা হৌবা চান্না হেন্নবা একাদশীনি হাঙ্গৈনা লৌগনি অতুনা হুমিৎতু চান্না হেনগনি। দ্বাদশী পুংকম হেন্দোক্সবা ১৩ (ত্রয়োদশী) অহুদা চান্না হেললুবগী পান্ননা শ্রীকৃষ্ণদা চেৎনা থম্না মীনা ফংগনি। একাদশী ব্রত্তনা কান্নব'দি ভক্তি মীনুংশি হেনগৎপা হকচাং য়োগ লৈতবা লাইন্নবা সেবা অহুগা গুরু অমদা চংজনবগী অহনবা সাধন্নি মাসি লৈতবা মীনদি গুরু সৎসঙ্গ ফংলোই ।।৪০ ১০ নি পকশিন্নবা একাদশী ওইরবদি দ্বাদশদণ্ড ৬০ দা ৫ প্রথম পাদ।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

> সকৃৎ হবিষ্যান্ন মন্নোদনং বা, ফলংতিলাঃ ক্ষীরমথাম্ব চাজ্যম্।
> যৎপঞ্চগব্যং যদি বাথ বায়ুঃ প্রশাস্তম ত্রোত্তরমু ওরুক ।।৪১

ভগবত ভক্তি ফংবা পাম্বা মীওইবনা অহানবা তৌগদবা হাঙ্গৈবা অসিদি থাজবা নিয়মগী অরাঙ্গৈবা মিয়ম অমগী মথাদা হকচাং মনুং থম্মোই শেংদোক্সবা সাধন পাম্বৈদি চান্না হেনবা অসিনা ওই হাঙ্গৈবগী লংলবা প্রমান খুদমশিং য়াম্না লৈথরে। ভগবত ভক্তি ফংননবা মশাদা শাগোন্নজরব। অউন পোৎ থানবা য়াদনা ঈশ্বরনা পীরক্সবা মশাদ অহুম য়াউজরবা চান্না হেনবা উপবাস, অনহার ব্রত্তনা ওই, হাঙ্গৈবদা হেক্সিবা ওইরোই। দর্শ'ন অসিগী সিদ্ধান্তদি— অঙাংনা অনিংবা অমা ফংনবা (উইল অমগী) মমা মপাগী মীনুংশি ফংনবা

চারা হেল্লি। মমা সুনীতিনা হাঙীবা মতুং ইন্দ্র ধ্রুব্র অশাংনা চারা হেনখি উইল অমগী মথাদা নারদ ঋষিনা ময়েক ১২ না শাখা মন্ত্র তাকপিথি মাক্কনা ফংখি।

চারা হেনবা দুর্বাসনা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব থগুখি।

চারা হেনবা চাদবা মাধবেন্দ্র পুরীনা গোপীনাথগী কৃপা ফংখি।

চৈঃ মপ, ক্ষীরচুরা গোপীনাথ

দাস রঘুনাথনা চারা হেনবদগী শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী মমল নাইত্রবা য়াম্নবা প্রেম ভক্তি কৃপা ফংজখি। বিশ্বাসী ভক্ত মহাত্মা গান্ধীনা চারা হেনবা অনা হায়না মী কোটি কয়াগী মরমদা মহাভারত স্বরাজ্য ফংখি।

অমুক কারগ্রবা চরা হেনবা থা অমদা অনিরক একাদশী উপাবাস পুক্লিং রাথল ঈশ্বরগী নাক্ত লৈববু থগুনৈ। মাসিগী ব্রত মমাংদা নিরামিষ সাত্বিকাহার থর কৌরপ ফংবা নত্তা— হাঙীবদি অহিং মচীচাইথরকপা ঘি থর য়াউবা চাক নত্রগা চাবা য়াবা হৈ থোইদিং শঙোম ঈশিং পঞ্চগব্য মুংশিং অশেংবা, ফংনবা হোৎনগনি। মাসি ফাওবা তোকপা ফবা মাসিদম্ম তগাই ফদনা একাদশী পালন তৌনবা অকনবা শাফু পীবগা লোইননা বিষ্ণু শ্রীকৃষ্ণনা হাঙীরী মমুদি—

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

> অচ্ছুয়মে মত্থানে মৎপার্শ্ব-পরিবর্ত্তনে।
> ফলমূল জলাহারী হৃদি শল্যং সমর্পয়েৎ ॥৪২

ঐনা শয়ন-চেপ্প ইভেলগী নিম্মাং একাদশী অহুগা য়াওলবা লাংবলগী নিম্মাং একাদশী অমনা চেপলম্বদগী য়াঙৌবা হিয়াঙ্গ একাদাশী পালথৎলকপা পর্ব্ব ৩ অসিদি অতৈ অতৈ একাদশীদগী

উপবাসদগী হেন্না অহুকপা ওই ঐবু নিংব ভক্তনা পর্ব্ব অসিদা উহৈ লফোই, অলু, মংগ্রা, পাগ্নচিংবা অমদি ঈশিং থক চাবা তৌফদে। থমোইদা চাবা থকপা তৌরবদি থমোইদা লৈবা ঐবু পেলহললবগী মহুত্তা খুলাই গুরীনা থিনবগুম্বনি ঐনা পেন্দে। শ্রীহরিগী মুমিৎ অতৈ ২ থাগী একাদশী অনি অসি ভক্তনা প্রেম ভক্তি ফংগে সাধন তৌবা মীনা লাঙ্গনা ফংনবগী তাঞ্জানি অহুনা ব্রত উপবাস থাফদে ।৪২

মথক্ত লংজরুব অপম্নাথ কোক্তুনা ভক্তি ফংনবা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা মমা ইবেমা শাচীদা একাদশী ব্রত তৌননবা হাঈখি। লোইননা মহাপ্রভু ক্ষেত্রদা লৈবদা থা অমগী একাদশী ২ ভিক্ষা লৌখিদে। অহুনা বিদ্ধা ওইব একাদশীদি বৈষ্ণব ওইনা মীনা থাদোকনি দ্বাদশীদা ব্রত তৌবগা ত্রয়োদশীদা পারন ওইগনি। (হরি ভক্তি বিলাস) বৈষ্ণব ব্রতো উপবাসতি বিদ্ধাস্থক্তো তৌফদে। অতৈ ১ দস্থ।

হরে হরে—

অক্ষ ক্রীড়া দিবানিদ্রা পুনভোজন মৈথুনম্।
শাকং দধি পরান্নঞ্চ বর্জয়েৎ পারণাদিনে ।।৪৩

ব্রত উপবাস তৌরুবা মীনা পারণ মুমিত্তা ওাক্কদবা থোওং থৌরমদি জুরার শান্নবা, মুংখিল তুম্বা, অমুক হন্না চাবা, হকতিন্নবা, শাক, শঙ্গোম অফম্বা মৌগী চাক (অতোপ্পগীদ) চাবা মাসি তৌফদে। (কনাগুম্বগী বার্ত্তন ভগবদপিতি প্রসাদ নত্তনা) ৪৩

হরে হরে—

চতুর্দ্দশ্যাষ্টমী চৈব অমবস্যাথ পূর্নিমা
পর্ব্বন্যতানি রাজেন্দ্র রবি সংক্রান্তিারবচ ।।৪৪




শাজং হৌনা লোনচং

নুমিৎকী খোংচত্তি রাশি ১ অসিদ অমমমদা চৎলি ... মাস থঙনৈ অহুগা থাগীনা থাপাল খোংচং থাশি থানিল পক্ষ লৌবনা চন্দ্রমাস থঙনৈ। লাইগী মপা মপুগী ধর্মগী থৌরমদা তিথি থ্যপালদা তৌনৈ সংক্রান্তি তারিক চৎনদে। মবম অহুনা সংক্রান্তিনা লৌবা থাশিংদি মুখ্য গৌন লৌরগা চৎনৈ।

থাসি মতুং নোংমা কোনবদগী চংনবা থা ১ শাবনা মুখ্য মাস পূর্নিমা নোংমা কোনবদগী চৎনবনা গৌন মাস অহুনা সেরিনাসকীদি রাশি নুমিং খোংচত্তা লৌই। সেরি মাস পূর্নিমাদগী লৌরগা রাশি ১২ চংলি ঐখোয়না শজিবু চৈরাওবা চৈত্রদ ওই মীন রাশি অরোই-বদ। কুম্ভ রাশি পূর্নিম। ফালগুন পূর্নিমাবু ঐখোয়না লমদা পূর্নিমা থঙনৈ। পূর্নিমা ১ দগী পূর্নিমা অমা ফাওবা থাশি অমদগী থাশি অমা ফাওবা লৌনবা থা জাং অহুননি রাহৈগা অর্ধগা শোঙ্গননা উরবম্ব কাওনদ্রিবসি। চান্দ্র মাস ১৪ পানবা ৮মি পানবা, থাশি পূর্নিমা থাপাল পবর্ব মতাংশি অসিদা তে নিংথৌও নুনিংকী খোংচং রাশি পর্ব্ব ৫ অসি থোকপ নুমিংশিংদ তৌরোইদৌবা নচং থবক হাঙ্গেগে।৪৫

হরে রাম—

স্ত্রৈতৈল মাংস সম্ভোগী পর্ব্বস্বেতেষুবৈ ব পুমান।

বিন্মূত্র ভোজনং নাম প্রযাতি নরকং মৃত।।৪৫

মথক্ত হৌজিক হাঙ্গখিবা পর্ব্বশিং সংক্রান্তি পুন্নমকসি ঐখোঙ্গনা থঙনবনি মাসিদা স্ত্রীগতিন্নরুবা হকচাংদা থাউ তৈবা শা-ঙা শাদোং চাবা তৌরোইদৌবনি, তৌহৈদদ অসি তৌকরবদি মাগী পুন্সিছ থী য়ুং চাবা কৌবা নরকী কোমদ লৈরে। (ব্রাজগে লাই লেপ্পবনি মীওইবা পুন্সি)।

লৈবাক্ত মচা ভাব' মীশক তিনবা পাম্ব মীনা ইন্দ্রি খুত্থম চনবা ব্রহ্মচর্য্য ভঙাইফদে ।।৪৫ শাজং (হৌনদব কয়া লৈবক্ত ভাকপা ভক্তকনি ঐখোঙ্গী মীওইবনি ) শাজং লীচং, লমচং অহুম অসিগী ভক্ত খঙনা চংপদা মীওইপোক মহৈ য়াম্লে মমল নাইত্রবা রাখল লৌশিং মীমুংশি প্রেম ফংগনি ।। য়াহিপ চাকচা, রাখল বুদ্ধি, হৌনলোনচং ।

হরে রাম—

কার্ত্তিকে মাসি যোদদ্যাৎ প্রদীপং সর্পিরাদিনা ।

আকাশে মণ্ডপে বাপি স চক্ষয় ফলং লভেৎ । ৪৬

কনাগুম্বা মীশক মুমিং খোচং তুলা রাশিদা লৈবা মেরা পূর্নিমা পূর্নিমাদগী হিয়াঙ্গৈ পূর্নিমা ফাওবা থা অসিদা ঘিগী থাউমৈ চুরগা অহাংবা অতিয়াদ অমদি মীয়াম সংসঙ্গ তৌফম সঙ্গোই মাগুপতা মৈ থান্দুনা কচ্চব, মীতুগী লোইনাদ্রবা অফবা লৌশিং মঙাল ফংই । মেরা থাউমৈ থানবা মতম অসি ইপা ইপু লাইওইশ্রবশিংনা লাংবন পূর্নিমা থাখাইত্থদ মচামগুনা ভক্তিগা 'লাইননা হিংসা য়াউরবা হৈ-রা-চাক অন্নকুট কংলকপা অত্থ পেল্লত্থনা অফবা মঙ্গলাশীবর্বাদ পীনবা লৈবা মতম্নি । মৈ কংপগী কান্নবা শিরবস্থ মৈ চংলবস্থ মৈ ।।৪৬

(মশকউবা : শোক্লগা খঙবা পোংচাক ৫ পঞ্চভূতকী মাত্রা ৫ মশক মনম মহাও, শোকপ, খোঞ্জেল, অসিনা জগং ওইরিবনি মসিদ মন, বুদ্ধি, জ্ঞান অহঙ্কারজীব,—অত্থমগুনা লৈবা মীওইব জীব ।

রাম রাম—

সংক্রান্ত্য পক্ষ য়োরন্তে দ্বাদশ্যাং শ্রাদ্ধ বাসরে ।

সায়ংসন্ধ্যাং ন কুবর্বীত কৃতে চ পিতৃহ্মভবেৎ ।।৪৭

মুমিংনা বাশি অমদগী রাশি অমদ লাকপ মুমিং থাশি পূর্নিমা দ্বাদশী থাবান অমদি ইশা ইপুগী লৈখিদবা মুমিংশিংগী মুংদাং-রাইরমদা কৌনবা খোরম থবক তৌকদে তৌরগদি মপা হাংপ ওই।। মপা হাংপগী পাপ পোকই। গৃহস্থাশ্রমগী চংন পথাপ অহুম লৈবত্থু সায়ং সন্ধ্যাদি তৌবা যাদে। সন্ধ্যা প্রাতঃ মধ্যাহ্নদমা তৌগনি হাঙবা ভাবনি (কাম্যকর্ম) ।৪৭

হরে হরে—

সংক্রান্ত্যাং পক্ষয়োরন্তে দ্বাদশ্যাং নিশিসন্ধ্যয়োঃ।

তুলসী চ্ছেদনে নৈব বিষ্ণোঃ পিরোবিকৃন্তনম্।।৪৮

হৌন লোনচংকী পবব' ৫ দা তৌহৈদব কা লোল হাঙক্রবদা অমুক তৌহৈদবা থবক থোগং হাঙবি মতুদি সংক্রান্তি মুমিং নিঙ্গাং নিন্দুং অনিগী দ্বাদশী মুমিং পক্ষ অনিগী অবোইবা থাশি পূর্নিমা অতুগা অহিং সন্ধ্যা অনিদা তুলসী মনা ময়োল হেকপ হৌনদে মনা হেকপা হাঙবদি বিষ্ণুগী কোকপগা অমহানি মতুদা পুন্য মাঙই পাপপোকই। ভক্তি পীঙবা পাম্বৌনি অতুনা গুণ(ত)গী মথা পোনবা কর্ম্মিনা মশাগী পুন্য কর্ম তৌবনা হেকফদে।।৪৮

হরে কৃষ্ণ —

স্বনির্ম্মিতং ধৃতং মাল্যং স্বয়ংঘৃ ঘর্ষঞ্চ চন্দনম্।

নাপিতশ্য গৃহে ক্ষৌরং শক্রাদপি হরেচ্ছ্রিয়ম।।৪৯

মী মশানা লেংজবা লৈপরেং মশানা তকচবা চন্দন লাইদা কত্তনা মশানা লৈ পরেং অমদি মশাদা চন্দন তৈবা থিনবা হৌনদে মশানা শ্রীকৃষ্ণদা কংলপ্পা লৈ-চন্দন চিনগনি তৈগনি থিনগনি নির্মাল্য ওইনম। অহু নাপেং শমককপা শেন্দানবা মীয়ুমদা শমককপা হাঙবসি লক্ষ্মী

লল লৈমানা লাইনিং থো শোরারেল মকপু থাদোক থাদোকই। পৈশা লৈবা য়ারোই। (মাসিদি মনিপুরগী হান্না চংনরম্ব মরূপ মপাং মুংশিনব মহৈ ২ করুবা শিনকমবু ইকাই খুমবা অহৈ ২বা থবরু মুংশিননা মতেং পাংনবহুনা হেনবগী খুদম লংলবা প্রমানবু ইঙ্গিং তৌবনি) গান্ধীনা পাম্ব থবক ঐথোঙ্গনমু চাউথোকফম ওইবা।৪৯ মীপান তাংদবা মরোমদোম লেপচবা অমগী ১না মপুশাদবা (তেংপাংনবা জগং)

হরে হরে--

অজরজ. স্ত্রিয়া রজো গৃহসম্মাজনীরজঃ।

সূর্পবাতং স্পৃশেদঙ্গে শক্রাদপি হরেচ্ছ্রিয়ম্।।৫০

মীওইবদা ইজং সম্মান মাওফম অসি চাউনা প্রমান পীরি মাহু হামেংগী উফুল মুপীগী মথোংগী উফুল, থুম রাইশিংপী উফুল রাইথপ্প, য়াঙ্কোঙ্কী মুংশিং হাঙ্গৈরিবশিং অসিনা হকচাংদা পকপা মুংশিং শাহুম ফংবসি ফজবা শ্রীমাওই করি অমুক শোরারেলগী-মক্কীমু ললথুম মাওই। মীগাদি করি হাঙ্গশিগে। (হকচাংদ পক্তনবা চোংদনবা হোংনব তাবনি)।৫০

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

রবৌদ্রঃ মুথংচন্দ্রে কুজে মৃত্যুবু দ্ধে বলম্।

মানং হস্তিগুরোবর্বারে শুক্রেক্ষরো ভবেৎ।৫১

শম ককপ কোকাপদা ফবা ফত্তবা মুংমিংশিং মাহুদি নোংমাইজিং রাঙ্গ নিংথৌকাবদ মুভাই লৈপাকপোকপদ শি য়ুমশা কৈশদ পাঙ্গল কলি। শগোলশেন্দ ইকাই খুমবা মাওই ইরাইদনা হকচাংগী মরূ ধীর্থ ঈ মাওই। অহুগা থাংজ মুমিত্তা দোম রান্না ওই অহুনা

চুমিং অসিদ শম ককপ কোকপগী খবকশিং লোইবা তোক্কনি থাদোকনি। মশাগীদা খনবা মীনা য়াদবা চুমিংশিং থাদোকদবনি। (সুংশিনবা অতোপ্পগী খনবদদি মকম মতম য়েংনগনি) ৫১

হরে হরে—

মন্দমঙ্গল ষষ্ঠীসু দ্বাদশ্যাং শ্রাদ্ধ বাসরে।

বস্ত্রাণাং ক্ষার সংযোগাদ্ধ ইত্যা সপ্তমংকুলম্ ॥ ৫২

থাংজ লৈপাকপোকপ (৬) মি শানবা, দ্বাদশী শ্রাদ্ধ চুমিং মাসিদা ফিশিং অয়াকপা উত্তি শাপোন নোইবুনা লাকতুনা শুবদে। শুরগদি শাগৈ ৭ ফাওবা মৈচাক শক্তুম কংই ॥ (অত্রোংপ কোক্কবা নত্তনা পানবা লুনবা শুবদি হৌনদে) ৫২

হরে রাম

নারিকেলোদকং কাংস্যে তাম্রপাত্রে স্থিতং মধু।

গব্যঞ্চ তাম্রপাত্র স্থং মদ্যতুল্যং ঘৃতংবিনা ॥ ৫৩

য়ুবী মহী শেংজেং খুজাই তেঙ্গোত্তা হাপ্পা কোরী খুজাই তেঙ্গোত্ত হাপ্প চুহী অমসুং মি নত্তনা শঙ্গোত্রদগী থোকপা পেংং কোরী পাত্রদা হাপ্প থম্বা হৌমদে কক্কিনা হাপ্প পোথ মহী মমাই য়ুগা মান্নে। ৫৩ কৃষ্ণবু (মাসি) থাজবা ভক্তগী মকমসিদি হৌনবা হৌনবনা লৈতবা মাল্লি হু ফাওবা অমৃতগুম থকই। (মিন্নাবাই) ৫৩ অক্ত নত্তবনা তৌফদে।

হরে রাম—

মকরেমূলকবৈব সিংহে চালাবুকস্তথা।

কার্ত্তিকে শ্রবণভক্ষেৎ গোমাংসাশীভবেন্নর ॥ ৫৪

চুমিংনা মকর রাশিদা লৈবা রাকচিং থাদ হঙাম কোবীমূলা মরু চাবা অচুগা সিংহ রাশিদ চুমিংনা লৈবা মতম থরান থাদ খোংদ্রুম চাবা অমদি মেরা থাদ ওল কোবী চাবা কত্তে চারুবা মীচুনা পনবা য়াদবা শলশা চাবা থোকই । ৫৪

রাম রাম—

রবৌ দীপং শনৌ পুষ্পং ভৌমৌচ ভুমিলিপ্যতে।
ভার্গবে গোময়ং দদ্যাৎ ক্ষৌরদোষ্যপ শান্তয়েৎ ।। ৫৫

কৃষ্ণ কৃষ্ণগী য়োক্তী মথং মনাউ মশীং ৫১ দা
হাঙৈখিবা কত্তবা দোষগী কোক্লবা রায়েন্দী—
নোংমাইজিংদ থাউমৈ কংপ থাংজদ লৈ লৈপাকপোকপদা লৈপাক তেগনি। ইরাইদ শম্বী তৈগনি। শম খুজিন ককপসি নিংথৌকাবা য়ুমশকৈশ অনিদদা ব্যবাস্থা পী ।। ৫৬
জম্মাক্ষ্য মাসং কিল ভাগুরি

হরে হরে—

মক্ষিকা সন্ততির্দ্ধারা মার্জারো ব্রহ্মবিন্দব :
স্ত্রীমুখং বালকাস্তঞ্চ নদুষ্টং মনুরব্রবীৎ ।। ৫৭

অমাংবা কত্তবা ওইনা লৌরোইদোবা পোংশকশিংদি হয়িং মচা মতু, হৌদোং লাইরিক লাইগু বেদ পাবদা থোকপা তিন অমদি নুপীগী মাই-চীন অঙাংগী মাইথোং দোয লৈতে শেংদবসু লৈতে। মনুনা হাঙৈখি ।। ৫৭

(শেংলবুসু হয়িং য়ারিবা ওমজিবমথৈ অচাপোত্তা তোংহলফদে কালেন্দ য়ীয়ামগী চাক শিনবদা কুইহন্দবা কৈ।)

হরে কৃষ্ণ—

কলঙ্কীঞ্চ সুরঙ্গঞ্চ বার্ত্তকীং নাগরন্তথা।

ভক্ষয়েদ যোহবি ষ্যেচ গোমাসাশী নিগদ্যতে॥ ৫৮

তিন্নবা য়াদবা পোৎশিং কলমনি, কোমলা, থামেলশিং ঘিগা তোৎ-শিন্দুনা চাক্ক চাবদি শলশা চাবা শকই। য়েমৌনবা পোৎচাবনি হাঙৈরি॥ ৫৮

হরে কৃষ্ণ—

সূর্যগ্রহে তু নাশনী যাৎ পূর্ব্বং যামচতুষ্টয়ম্।

চন্দ্রগ্রহে তু যামাস্ত্রী বাল বৃদ্ধাতুরৈর্বিনা॥ ৫৯

অঙাং অহল অনাবা, নত্তনা অতৈদি মুমিৎকী গ্রহন তৌবনা শানা ফংগদবা লাকদবা পুং ১২ চৎখৎলগা চাবা থকপা তৌফদে অতুগা থাগী ওইরগনা পুং ৯ চৎখৎলগা চাবা থকপা য়াদবা অসিনি॥ ৫৯

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

একতারং নভো দৃষ্টাস্প স্তব্যো নাবদো মুনিঃ।

তাবদ ভবতি চাণ্ডালো যাবদন্যন্ন পশ্যতি॥ ৬০

উবদা য়েংবদা ফত্তবা পোৎ মাহুদি মুংখিন্দ অতিয়া নোংদোন্দ থরানন্নিচাক অমা উবদি চণ্ডাল হৌনবা থঙদবা ওই মত্তমদি অতোপ্প অতৈ উত্রিবা ফাওবনি॥ ৬০

হরে হরে—

দানং ব্রতং তপো মন্ত্রং শ্রাদ্ধঞ্চপিতৃ তর্পণম্।

সকলং নিষ্ফলং রাজন্ হরিসংকীর্ত্তনং বিনা॥ ৬১

করিগুম্বা দান ব্রত যজ্ঞ, শ্রাদ্ধ পিতৃতর্পন হাঙ্গৈরিবসিগী থবক থৌরম পুম্নমক্ত শ্রীহরিগী লীলা গুণ, নাম কীর্তন তৌগদব ওই তৌগদবরক্নি মাসিদা অশকপ অত্তাবা থৌব্ অহুম অসিদি থগ্নাই হকচাং পুক্নিং চপমুংন' চৌন্দ হয়িং চওবা থওদব মথৈ পুক্নিং লুপ্না শক শোনগনি তাগনি। মাহুদদা অশেংবা কীর্তনগী প্রয়োজন তত্ব ফংগনি। নত্তবা শেন-থুমগী তুংগী য়েংহুনা শক্লবদি অপারাধ লংজ-বনা হেল্লি। মতম অসিগী সংকীর্তন গায়কশিংনা অমদি অতাব ভাবকশিংনা ড্রামা নাটকী ফম্বাক্ত লীলাভিনয়গী শাথেক মিয়েং লৈইয়েং অহু মতৌ তম্বা তাই। ভাগবতনা থুপগ্রবা ভক্ত বৈষ্ণবনা বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ লীল রস আস্বাদন তৌগদবা অহুবু অউবা ময়েক ওইনা পুথোক্লকপদা শ্রীকৃষ্ণ পুথোক্লকপদি চহি ৫, ১০, শুবা ওইনা বর্ণন তৌই। মাহু মীওইবা লোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অনুকরণ তৌব অসিদা অঙাংদনা কৃষ্ণ শাই পাথং অমতনা শাদে। অঙাংদি মপুক চেল চমজবা নত্তবা রাখল য়াউদবা তৌরিবা অসিনি। থৌত্তং থৌদৌ ওসিগী অসি বিষয়না নমহংথিহুনা পৈশা রাস ওনথরে। বাসকসু অহু মঙাই, গীতগোবিন্দগী বস্তু তত্ত্ব, কথাগী রাকম :— যদি হরিস্মরনে . শৃনু তদাজয়দেব সরস্বতীং রাফম অসি বাগল লৌথরে। অমনা বিশ্বকৃষ্ণ ভাবনা সমিতিগী নমুনা তমলগসু ফগনি। সংকীর্তন য়াউব্রবদি মতম কলিদদি উতোং অহোবদ ঈশিং শোকপা তাগনি। শ্রীবাসকী মচা শিবদ মাঙ্গলদা কীর্তন শাক্লবা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভাবরস কাঙ্গৈগনি হাঙ্গৈহুনা মুপী অঙাংকপ লাউহল-খিদে।। ৬১

**হরে রাম—**

আসনে পদমারোপ্য-যো ভুঙক্তে ব্রাহ্মণ কচিৎ।
গ্রাসে গ্রাসে মলংভুঙক্তে পানীয়ং রুধিরং ভবেৎ।। ৬২

চাক-চাকপী কমায় কিদ। আসনদা থোং থাকথকদে অদুগা থোংউপ খুরুম কিনাং, তোংলগা চাকদে থোক্ত থাক্ষংতুনা থ্রাত্মানুনা চাথনখি, চাখিবা লৈশোম খুদিং অমাংবা অমোংপগা মায়রে অদুগা থরবা ঐখিং অচুম ঈগা মায়বা ওইরে। ৬২

চাবা মতমদা শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণ নিংশিংতুনা চাগনি জীব জন্তুগী থর পৃথীদা থাদোকনি রা ভাংদনা সেংনা ওইগনি লোইনা প্রসাদ ওইরবনি মরু অমা ফাওবা মাঙ্গহল্লোই লেমহল্লোই ঐনা মতোমে থল্লগদি জীব জনতু অতৈদা ইগানা লেম্বা অতু শ্রীকৃষ্ণকদে উৎসবতসু হাউতে রা ভাংফরোই লেমবা হাপফল্লোই। প্রসাদ লেমহলবসু হৌনদে। মহাপ্রভুগী মতসু অসিদা থম্মী। ৬২

(লুক অমথক্ত গোপালজীদ কংলবসু য়াবা অমাদি মহাপ্রভু প্রতিমা লেংলকপা অদুদা লুক অমা ওইবসু য়াবা হাঙ্গবদি প্রভু ৩ পুল্লবা মহাপ্রভুনি। অহুম কংপা ৫ কংপা অসি ভক্ত করমগী কদাইদ তৌখিবনো করি ভাবতা তৌবনো রাখন্না লাম্বংনে। কদাইদ কনানা তৌখিবনো? অমনা মরম ৮/৮ না লুছিংবা তোঙাল-তোঙালবা মফমদগী লাকপ চোৎপী মহনতগা লোইননা মুপী ক্যাংলুপ মাতুকাগা থারগা চাকলুক ১৫৯ থাখিবা অমা লৈ।)

হরে রাম—

যদা ভোজনে কালে তু দীপনির্ব্বাপণংভবেৎ।
করেণ পাত্রমাছাদ্যমনসা ভাস্করং স্মরেৎ ॥৬৩

চাক চাবা তুঙ্গাংগী মতমদা থাউমৈ মুংখিবা থোংকলপগি খুদম তেজোংতু খুদনা মুগশিন্দুনা পুক্রিংনা কোক-হুলবা মুভ্রিংপু চিংলাংশদনা এই॥ থাউমৈ মুংলিদৈ চাবা হৌনদে। ৬৩

অমম্বদা ভীমনা চোপ/চোপ চাবা তারগা অর্জুননা হংই দাদ য়াইমা ভৌরিবছু করিনো ? ইবুঙো খুংচুম্বা তমলিবনি দাদ ইবুঙো ঐস্থ অমম্বদা তেল কাম্মা তমজগে। চুম্মীদ খুংনা চীন্দ হকপছু শোইরিরোই। অর্জুনা পারা অম তমথি। মপুকচেন তিংবা ভীম শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা।

রাম রাম—

অপ্রক্ষাল্য পাণিপাদৌ য়াম্বাগচ্ছতি মন্দিরম্।

সংবৎসরকৃতং পুণ্যং তৎক্ষণাদেবনশ্যতি ।।৬৪

কনাগুম্বা মীনা ঈরুজরে হাঈহ্নুনা, খোঙখুংনাচিংবা শেংদোক্তনা মন্দির মাঙব চংবদি মীহুগী মাঙজবা ওই চহি অমা পুণ্যগী সংকর্ম তৌবগী মহৈ মাঙ্জৈ।

অমগা—

হরে হরে—

মহুদি সভায়াং যজ্ঞশালায়াং হরিমন্দিরে গচ্ছতি।

(যদি) পদা ধৌতেন গচ্ছতি পূর্ব্ব (যদি) পুণ্য কৃতং হন্তি ।।৬৫

মীয়ামতিনবা সভাদা যজ্ঞশালা শঙ অমদি হরিমন্দিরদা চংপদি সঙ্গ লৈবা মীদি ভক্তিবু লুনা থঞ্জৈ ঈশিংনা লৈপাক্ত খুংশা শেংদোক্লগা চংলি করিনা খোঙখুং শেংদনা সভা মন্দির চংলবদি পুণ্য তৌথি-বশিং মাঙই। ৬৫

মসিদা ওইবা তাই সংকর্ম তৌবদা খোঙ খুংশা শেংদোকক্ষম খোঙ হাযক্ষম ঈশিং চোকী থানরম্নিবা অমদি অরাকপা বৈষ্ণব ভক্ত গুক-চনবা সত্তবা অমসু থম্মরম্নিবা অসি লাক্লিবা ভক্তশিংনসু অপেনবা কোংদোরৈ মাসি শাবা গতানুগতি ন্যায় – সকানা কেম্মোং

শংবল চোংবা। অমনা তৌথিবা থবক্তু অমনা মথং/মথং তুংইনবা য়াথল সম্ভাযাবু খুরুম হৌথিবদগী মথংমথং থুরুমনরি। শাক্সং ফজবা ভক্তিগী মওং অতৈ দস্ম উপা ফংই। পাঙল ইচিন ইনাওশিংনা লাইশং মসক্সিং চংবদ ঈশিং পাত্র অমনা ওঙ্গ্রু তৌবা উই। ঐথোঙ্গীস্ম থোঙহামফম অমদি মগুর মাওব মমুংদা ঈশিং তাংথগী দোনা থম্বা চংনৈ। চৌকী সম্ভাষা খুরুম্বদি য়ুক্তি নাতৈ চাদে থৌবুদা ভক্তি অবদান য়াউদ্রে। হাঙ্গবদি অরাকপা ওকচবা মীশক।

অমস্মু—

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

বিনা পাদেন ধৌতেন স্নাত্বাগচ্ছতি মন্দিরম্।
মধ'কৃতানি ধর্মানি তৎক্ষণাদেব নশ্যতি ॥ ৬৬

ঈরুজরে হাঙ্গহুনা মন্দির চংবদা থোঙ্ হামদনা চংপদি চহিচুপ্প তৌরুবা ধর্ম ময়া মাওই থুদম অমহুমক্তদা (এব) শব্দ অসি থনগৎপা অবধারণগী অর্থ ফোংদোকই। য়ুম চংবা ফাওবদা থোঙউপ তোংল-গা খুরুম কাফদে। য়ুম শঙ্গাবদা য়ুমলাই গৃহদেবতা বাস্তু গোপাল পূজা তৌই ॥ ৬৬ (য়ুম্লাই পাখঙবা স্নাদহি)

হরে কৃষ্ণ—

গৃহেসম্পূর্ণমচরেৎ প্রবাসেচ তদৰ্দ্ধকম্।
তদৰ্দ্ধং তীর্থ যাত্রায়াং পথি শূদ্রবদাচরেৎ ॥ ৬৭

য়ুমদ মীওইবগী হৌনবা লোলচং অমাং অশেং মপুং ফানা চংকনি, লংথৈজ নৈথদা তঙ্খাই অমা অতুগা তীর্থযাত্রাদ অমুক তঙ্খাই অমা লম্বীদা হৌন থঙদবা শাক্সং মানবা শূদ্রগুম চংকনি ॥ ৬৭

কুষ্মাণ্ড —

"তল্থাই-তল্থাই তাগদবা হাঁইগ্রবদা অমুক মাখানগী মতুং ইন্না চাগদবা মমা মশাং অরীতংশ পোংবী মতাং মাতুদি —

কুষ্মাণ্ডে চার্থহানিস্যাদ বৃহত্যাং ন স্মরেদ্ধরিম্।
বহুশত্রুঃ পটোলেগ্যাদ্ধন হানিশ্চ মুলকে।। ৬৮

হরে কৃষ্ণ —

কলঙ্গী জায়তে বিম্বে তির্য্যগ যোনিশ্চনিম্বকে।
তালে শরীরনাশঃ স্যান্নরিকেলেচমূর্খতা।। ৬৯

হরে রাম —

তুম্বী গোমাংসতুল্যা স্যাৎ কলম্বী গোবধাত্মিকা।
শিম্বী পাপ করী প্রোক্তা পূতিকা ব্রহ্মঘাতিকা।। ৭০

হরে রাম —

বার্ত্তাকৌ সুত হানিঃ স্যাচ্চিররোগী চ মাষ কে।
মহাপাপকরং মাংসং প্রতিপদাদিষু বর্জ্জয়েৎ।। ৭১

১। প্রতিপদ - নোংম পানবদা তোর্পোং মাইয়েল চান্দ লল্ল-থুম মাঙই।

২। পানবদা লৈপুং থাঙথা চাবদি হবি নিংবগী মথৌ তাদবা ওই।

৩। দা কাক থবী চাবদি হেকবা মালা হেন্নি চাউখতলি।

৪। দা হলাম কোবী মরু মুলা চাবনা শেন থুম্ব মাঙই।

৫। কৈরাগোক চাবা রাশোক বরাহী মাইহৌং কাই রাশপী।

৬। দা নিম্বা অথাবা চাবগনা তীনকাংগী মপোক লৌই।

৭। দা কোনা মহৈ চাবনা হকচাং মাঙই।

৮। দা মুখী চারগনা বুদ্ধি লৌশিং খোকতে অপঙবা মওং মতৌ ওই।

৯। খোঙদ্রুম চাবনা শল শা চাবগা নাম্নে।

১০। দা কলমনি মরী চংপা চারগদি শল হাৎপদ পোকপ পাপ ওই।

১১। দা হরাই উরী চাবনা পাপ তৌবনি।

১২। দা পেরুক চারগদি ব্রহ্মবধ পাপ ওই।

১৩। দা থামেল চাবদা মচা মাঙই।

১৪। দা শগোল হরাই চাবদি তীম্না লাঈনা লাইথুং পকই। অমদি

১৫। থাশি পূর্ণিমাদা শা-ঙা চাবদি অচৌবা মহা পাপ তৌবা ওই।

হাঈখ্রিবা থাপালগী পোৎ চাহৈদবশিং থাদোক্কদবা ওই। অদুবু ভগবন্তা কৎথ্রবা প্রসাদ ওইরবদি থাজবা ভক্তগী মফমদদি চিন্ময় ভাক্ত ওই হু, ফাওবা অমৃত ওল্লে। করিনা ভগবান্দি বিধি বিধানগী রাংমদা লৈ স্বতন্ত্রনি। মীদি পরতন্ত্র বিধি বিধানগী রাংমদা চংফদে। মিরাবাইগী মতৌ তমফদে মিরাবাই নত্তে। ঐখোইদি।

রাম রাম —

কুষমাণ্ড ছেদন নারী দীপনির্ব্বপক: পুমান।
অচিরেণৈবা কালেন বংশনাশ স্তয়ো র্ভবেৎ॥ ৭২

শেবোং মাইরেল খাঙ্গইহুনা চারবা মুপী, থাউমৈ মুখংলবা নিপা অলি-অসিগী শাগৈ চার লৈতবা মাঙ্বা কুইদনা থীন্দন মাঙবা। ওইরগনি মতাং আশীষ, প্রেরণগী অর্থ ফংই-ফংইনিংহুনা তাকপা ১দি ইনশিনবা. রায়েল, পাথাপ অনিগী অর্থ চংই ।। ৭২ মসিদি অহল লমন পাউরৌ, পাম্থে (শল থিবগা ভাইথিবগা ওক্রব ) উনবা হাঙ্গবহুগী রারা তাল চানরুবা মপা ওইরুবা,

নিপা অম শল থিবা চংলি, অহুগা মুপী অমসুং শীওয়েল থিবা চংলি লমথাংদা অনি অহু উনরে ওক্লরে মাহুদা নিপা অহুনা অরা থুমগী ফিভম করম করম পাল্লি ইবেমা, মুপী তাদ ইবুঙো পংলৈ লৈরি অরাবা অমদি শেবোং মাইরেল খাঙ্গবিনবা নিপা লৈতবদগী চাবা ফংক্রে য়াম্না রানা পাল্লি অহুগা অমনা শীং অকনবা খাঙ্গবিনবা লৈতবদগী চাক থোংবদা চাক্ত, চেঙ্ চঙ্বা চাক্ত চাহুনা লৈরে খাঙ্গদনা শীংথিজরকপনি অরাবা অসিদং ওইরি, মপালগী অনা-অয়েক লৈতে রাখলগী অনাবদি লৈ, তাদগানা কমদোৱা করম পালবিরি ? হোঙ্গ ইবেমা ঐস্থু মতম অসিগী সরকারগী মৈস্থু চয়োলগী পালী নাইরম্বদগী থা ২/৩ লাক্তবস্থু য়াউই মাসিদা কেরোসিন য়েলবগ অকরুবা মমল লৈবহু অঙাং মুবী লৈতবনা লৌবিরুবা লৈতবনা ফংহৌদে অহুগা মমল হেন্না পীহুনা হুকান্দগী অতাঙবা থাউ থাল্লি অরাবদি অতাংবা থাউহু অহিং চুপ্প মুখংপিনবা লৈতবগী অহুম থাল্লি, ঐস্থু নিপানা থাউমৈ মুখংপা হৌনদে হাঙ্গব-হুদা মুখত্তে লুখরেদা অমনা চাক চাবসিদা ফৌমান য়াম্না য়াউক্রে চেংথৈবিনবা লৈতবদগী মাসিস্থু ঐগী অরাবনি অনা-অয়েক্তি লৈতে শাস্ত্রগী রাকম, নিপানা থাউমৈ মুংপা, মুপীন শেবোং মাইরেল খাঙ্গবা মাহুগী শাগৈ মুমলেপ চারা য়াম থুনা অমাঙবা ওই

হাঙ্গৈবসি কম্নি তৌরগা কগদগে কোক্কদগে হাঙ্গৈবগী য়াথল কিশি লাঙ্গৈনা অমদি লৈ।

ইবেমা খুবাক নামদ খুবদি হৌদে হাঙ্গৈনৈ, অদুনা ইবেমনা চাক চেঙ চঙই হাঙ্গৈবদু শীঙ ঐনা থাঙ্গৈরগা থোংলবদি চেঙ চংলরোই – অমনা শেবোং মাইরেল থাঙ্গৈদ্নিবা নিপা লৈতবদগী চাদ্রিবা চেঙ চঙবা চাম্নিবদু। অদু ঐনা থাঙ্গৈববদি চাকশেং চারনি কম্নি হাঙ্গৈবাগ।

হৌঙ্গৈ খুবাক নামদ খুবদি মথোল থোক্তে হাঙ্গৈবা পাম্বে অনিনা থুরগদি মথোল থোক্কনি হাঙ্গৈবসি ঐশু খল্লি। তাদনা চাক চাবদা থৈবিনবা লৈত্রে হাঙ্গৈবদু চেঙ থৈবিনবা নুপী লৈরগদি চারোই অমনা অতাং থাউগী মৈদু মুথৎনবা নুপী লৈরগদি অরাব, ওইরোই খল্লি, খুবাক অনি খুরবদি মথোল থোকপা শাগে য়ুমলেপচবা মচা নুশু পাম্নাও শিংমাউ তাম্নগদি শাগে মুত্তবা মাঙবা ওররোই। পাঞ্জা লুপ্রানবু কদাইদগী শাগে চাউখৎকত্ত্র? য়ুম্বাননবা পাম্বে পাউরো বিধি-বিধাননি। (দদ্ধাশ্ব রথ ন্যায়না) সংসার চত্থগদবনি নিপা নুপী য়ুম্বানবা। অমন শগোল মাঙবা অমনা দোলাই মৈনা চাকপা।

হরে হরে—

ভুক্ত্বা পিতৃগৃহে কন্যা ভুঙক্তে স্বামিগৃহেযদি।

দৌ ভাগ্যং জায়তে তস্যা : সা পত্নী কুলনাসিকা।। ৭৩

নিপা নুপী য়ুম্বান্নদুনা লৈরবী নুপী মবাইবক থীজবা লৈ, মপা মমাগী মরুম থুপ্তুনা লৈজরম্বী কৈন্যা অদুনা মযুম পাম্দুনা মপুরোইবগী সেবা তৌদুনা লেরমলগা অমুক হন্না মপানদা চাক হাঙ্গৈবদি মরাইবক থীবী অমসুং শাগে মাঙ্গহলবী ওইরে।।৭৩ মপুকচেন য়াংবী থাজব য়াংপী নুপী নিপা ২ মক লাপথোক্কবা মরম নরী/মরী থোক্লকই।

মরা ময়ুন চাকস্ন চাদ মপাম ময়ুম চাকস্নু চাদ করক তাবা লম্নী চাকনি ওই।

হরে ক্‌ৃষ্ণ—

আসনে শয়নে দানে ভোজনে বস্ত্র সংগ্রহে।
বিবাদেচ বিবাহে চ ক্ষুত : সপ্তসু শোভনন।। ৭৪

করিগুম্না আসন ফিদা-ফম লৌবদ, তুম্না মতমদ ভংপীবদ অমদি চাবদা ফি লৈবদা, রাথোক লাম্নোক থংনবদা অমসুং লুহোংবা মতমদা (৭) অসিদ হাকথি থল্লবদি মঙ্গল অকবা ওই।।' (হকচাংদ পীবা মঙ্গলগী থুদম) ৭৪

হরে ক্‌ৃষ্ণ—

প্রাকশিরা : শয়নে বিদ্যা বলমায়ু শ্চদক্ষিনে।
পাশ্চমেপ্রবলা চিন্তা হানি মৃত্যুস্তথোত্তরে। ৭৫

য়াইহিব লোল— কোক নোংপোক ওয়া তুম্বনা মহৈ হৈবা ওই, মথা ওল্লগনা পাঙ্গল পুসি মুংশাংই, নোংচুপ ওল্লগ তুম্বনা অৱাবা রাথল শাগোম্নে অরাং ওয়া তুম্বনা অমাঙবা অশি অনা ফাওবা নংবা ওই থোকপা লৈ। ৭৫

সাহিব চাকচা মতুংদা হৌন লোলচং।

অমুক

ক্‌ৃষ্ণ ক্‌ৃষ্ণ—

অমুক্ত কর্চ্ছকো ভুত্বা প্রস্রাবমত্তি যোনর :।
বামে পিতৃমুখে দদ্যাদ্দক্ষিনে দেবতা মুখে।। ৭৬

মী ওইবগী মন্নুং মচা মপাল থোকপা (ঈশিং চংপদা) নিপা ওইবনা নামৈ লোথোক্তনা নাকলদ ঈশিং চংপা ঈচেল অদু ওইদ ওইরগা ঈপাগী চীন্দ য়েস্তা ওইরগনা লাইগী চীন্দ তাই। রায়েল অসিনা হাঈরি নামৈ লোথোক্লগা চংপনা নত্রগদি ক্বিরোন্দ হকচাংদা চোংগল্লি।। ৭৬

হরে হরে –

বারিপাত্রং করেধৃত্বা মূত্রং ত্যজতি থোনরঃ।

শূরা পাত্রসমং পাত্রং তজ্জলং মদিরা সমম্।। ৭৭

ঈশিং পাত্র পুবগা হককী ঈশিং চংলগা মী অদুগী চফু খুজাই পাত্রনচিংবদু য়ু পাত্রগা মান্নবা ওই লোইননা ঈশিং অদুসু য়ুগা মান্নবা ওইরে।। ৭৭

হরে রাম –

উচ্চারে মৈথুনে চৈব প্রস্রাবে দন্তধবরে।

স্নানে ভোজনকালে চ ষটসু মৌনং সমাচরেৎ।। ৭৮

থোঙহাপ্পা মাঙবা, মুংশিং থাইবা, ঈশিংচংপ, য়াশেংবা ঈরুজবা অমদি চাব থকপা তৌবদা ৬ অসিদা রা ঙাংফদে হকতিন্নবদসু।।৭৮

অদুনা চাবদা তুমিন্না ভগবত প্রসাদনি থাজবা অমদি শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরবু নিংশিং নিংশিংদুনা ফংবা সেবা ওইবা।। ৭৮

হরে রাম—

চিতাঞ্চ চিতি কাষ্ঠঞ্চ যুপং চণ্ডাল মেবচ।

স্পৃষ্ট্বা দেবলকশ্চৈব সচেলং স্নানমাচরেৎ।। ৭৯

পোংলোইবগী শীং অমদি মথাক শা ঙা বলি তৌবা শনল থাবা মুন্নী উ, চণ্ডাল নত্তবা থবক তৌবা মী অমনা লাই পূজা বেদ লাই-রিক লাইগু তৌহনা শেল তাল্লবা পুন্জি লেল্লবা লৌবফংবগী অক্ষদ হোংপা দেবল ব্রহ্মণ গ্রহবিপ্র শোক্ল শম্নরুরবদি শেংল্লিবা ফিরোলপা লোইননা ঈরুজবা তাবনি ইরুজগদবনি। (শেংনা লৈজরবা শ্রাদ্ধগী ক্রিয়া থরীবু অমাংবা অমাগুম্না শোক্ল শম্নবা য়াদবা অসি করিগী ওইরিগবা খণ্ডদে)। ৭৯ মাদিব্রত্ত ব্রহ্মচারী ভুমি শায়ন, একাহার, অসী পায়নৈ। থাঙ পাঙ্গবা—ক্রিয়াধারী ব্রত্ত—চারা অমা ব্রহ্ম-চারী লৈপাক্ত হিপ্প যোগদ লৈবা মীবু অতৈনা শোক্ল শম্নদে।

রাম রাম—

> বৃষলীপতি সঙ্গঞ্চ দূরত: পরির্ব্বজ্জয়ে॥
>
> পূপবাতং প্রেতধূমং তথা শূদ্রান্নভোজনম্। ৮০

ওক্তবী, অথংপী অমদি ঋতু থাগী থোঙকাপ লাকপা কুইজদ্রিবী কন্যা মুপী মচাগা নক্লবা হৌনদে, কৌ-চেং থপ্প য়াক্কোক মুংশিং শাহুম মী পোংলোইবগী মৈথু অমদি লমচং শাস্ত্রং মফম মরাং থথদবা অশেং অমাং লৈত্তবা মীনা থোং থাকপা চাবা অসিশিং থাপতোক্লবা কৈ, চাক চাফরোই। নত্রগদি—মীওইবদা হৌনদবা থোঙং শাস্ত্রং লীচং সমাজদা অকাইবা থোক্লকপা য়াই, ফাগী তৌবা য়াদে। (অফোংবদা চাংয়েং তৌবা য়াদবা—মৈ পাঙ্গহুনা শাম্নবা, ওক্ত থৌরী থুবা, (এদ্রিল-হূ থকপ গুরী থাঙনা হৃকচাংদা থিনবা মাসি অচৌবা পাপ আত্মাঘাত দোষ ফংগনি।)

কৌ চেং থপ্প য়াক্কোকী মুংশিং (পোংলোইবগী মৈথু মংফবগী) মথোঙ্গ অসি থাপ্তোক্তনি নক্লফরোই॥ ৮০

হরে হরে—

> আসনং বসনং শর্য্যা ভার্যা চাপত্যামেবচ।
>
> আত্মন: শুচিরেতান্নি নপরেম্বাং কদাচন॥ ৮১

আসন ফিদা ফমফম, কি ফমুং মুপী মতু মচা অসিমক মশাগীতা ওইনা শেংই, হাঈরিবশিং অসি অতোপ্পা মীশিংগী মফমদা করিগুম্বদা অশেংবা ওইদে। অছুনা ঈশিংনা ফজনা হামদোক শেংদোক্লবতদা মাও খুদক অচুমক্তদা সেবা তৌগনি ।। ৮১

হরে কৃষ্ণ—

সাদেন না ক্রমেৎ পাদমুচ্ছিষ্টং নৈবালভ্যয়েৎ।

নপ্লুপ্তং স্বহস্তাভ্যাং কণ্ডুয়েদাত্মণঃ শিরঃ ।। ৮২

পাদেন খোঙ অমনা খোঙ অমদা নেৎফদে নেত্তুনা থম্ফদে লুখাক কানফদে লুখাক থমকদে লেমহুলফদে খুংনা হাক্তবা খোংহৈদে অতুগা খুং অনিনা কোক খোংহৈদে য়াদে ।। ৮২

হরে কৃষ্ণ—

মহাগুরুনিপাতে হিকাম্য কিঞ্চিন্ন চাচরেৎ।

আর্ত্বিজ্যং ব্রহ্মচর্য্যা চ যাবৎ পূর্ণোন বৎপরঃ ।। ৮৩

মপা মমা, মপুরোইবা মহাগুরু মথং মপোক তানখিবা লৈথিদ্রবা নোজাখিবা চহি অমা কাদ্রিবে মমুংদা হরাউ কুমৈ কাম্য কর্ম কায় অমতা তৌফদে অথমনা থজমানবু তাকপি তম্বীবগী অহৈ অপাশাবা অমদি সন্যাস লপ্পোইবা তেসিদবা ওইদে।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

অমনা

অন্যশ্রাদ্ধ পরান্ন ঞ্চ গন্ধং মাল্যঞ্চ মৈথুণম।

বর্জ্জয়েৎগুরু পাতে হি যাবৎ পূর্ণো নবৎসরঃ ।। ৮৪

ইমা ঈপাগী শ্রাদ্ধদগী তোঙালবা শ্রাদ্ধ অমগী থবক তৌবা মীগীদা চাকচা হৈজানবা য়াউবা মনম মুংশিবা লৈপরেং ফজনবা শিবা, মুপা মুপী সঙ্গ তৌবা লৈমিন্নবা থবকশিং অপি মহাগুরুশিং লৈতবা চহি অমা কাউবগী মমুংদ তৌবা শুকহো হৌনদে থাদোক্লদবনি ।। ৮৪

হরে হরে--

তীর্থ যাত্রা বিবাহঞ্চ স্বধ্যায় ঞ্চান্যতর্পণম্।
সংবৎসরং নকুর্ববীত মহাগুরু নিপাতনে ॥ ৮৫

তৌবা হৌনদবা থবক থাদোকপগা লোইননা, লংফৈ টীর্থ যাত্রা অমদি লুহোংবা বেদ তম্বা কাম্য কর্মগী ওইবা অদুগা অতোপ্প অমগী পান্দমদা তর্প'ণ তৌফদে ভক্তি নত্তনা ফিরোই য়োদ্রিকাওবা ॥ ৮৫

হরে রাম—

যাত্রায়ুদ্ধং নদীপারং মিথ্যালাপো দ্বিভোজনম্
দ্যুত ক্রীড়াদিবা নিদ্রা শ্রাদ্ধে সপ্তবিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৮৬

মংকৈ চৎপা, থৎনবা, তুরেল লান্নচৎপা রারেম ভাংবা, অনিরক চাবা, জুরার শান্নবা অমসুং মুংথিল তূম্বা ৭ অসি শ্রাদ্ধ মুমিং অসিদদি থাদোকদবা ওই তাঙাইফদনা ॥

হরে রাম--

অমায়াঞ্চ পিতৃশ্রাদ্ধে অম্বুবাচী দিন ত্রয়ে।
লাঙ্গলেন কৃত ঘাতে পৃথিবী কম্পতে গদা ॥ ৮৭

চহিগী ওইন থোকপা (থোকপা) পর্বদ তৌবা হৈনিংদবা থবক মাতুদি থাশি থোকপা মপাগী কুমওল অমসুং অম্বুবাচী মুমিং ৩ নি লাঙ্গলনা লৈপাক থোগাইবা মীশক অদু কিবদা পৃথিবী থক থক নিকই।

সেরি সংক্রান্তি আষাব ৭ জুন তাং ২১/২২ থাজংনা ইঙেলগী মমুংদা চহিগী ওইনা অম্বুবাচী থোকপা অদুগা নোংয়াম্না চুবা পৃথিবীদা মরু মরাংগী মতোল চোংবা মতমনি মাসিদ লৈপাক তৌফদে ॥ ৮৭

মুমিং ৩ নি ৫ নি।

রাম রাম—

কর তোয়াজলং প্রাপ্য যোগে নারায়ণীয়কে।
প্রাত মৌনেন য়ঃ স্নায়াত্রি কোটিকুলমুদ্ধ রেৎ ॥ ৮৮

নারায়নগী খোগ থোকপদা অপায়ন্দ্রীগী উপুকগী প্রেত্কপা ঈশিংদা অমুক্তী মতম্ র্ বা ওঙেনা ঈক্কপদবা এই মাম্লা ঈরজনা মীহূগী পুন্যফলনা শাংগী কোটি অহুম যাওবা অরানবা ওইগনি ।৮৮

হরে হরে—

যতিশ্চ ব্রহ্মচারী চ বিধবা চ দ্বিজস্তথা ।
অম্বুবাচীদিনে চৈব পাকং কৃত্বা নভক্ষয়েৎ ।। ৮৯

হরে কৃষ্ণ—

স্বপাকং পরপাকংবা অম্বুবাচীদিনে তথা ।
ভক্ষণং নৈব কর্ত্তব্যং চাণ্ডালোন্নেন অৎসমম্ ।। ৯০

যতি লাইনিংবা ব্রহ্মচারি লুপ্রা অমস্তুং ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রী বৈশ্য বর্ণশিং অসিস্তু অম্বুবাচী মতমদা অমুনবা চাক অথোংবা চারোইদবনি । মশান থোংবা মীনা থোংবা থোংহনবা পোৎ করিগুম্বা অম্বুবাচী সুমিংতা মতমদা হায় থোংবা চাক ওইরগম্ব চারোইদবনি । চারবদি —চণ্ডালগী চাক চাবগা মান্নে । মাসি অম্বুবাচী থোকপদ তৌরোই-কৌবা বিধি তাকপনি । ৮৯/৯০

হরে কৃষ্ণ—

অকৃত্বা প্রেতকার্য্যানি প্রেতস্যাধন হারক :
বর্ণানাং যদ্ধনং প্রোক্তংন্নধং নিয়তংচরেৎ ।। ৯১

আদ্যশ্রাদ্ধ তৌদনা মী অহূনা লৈখিদবা অহূগী সনথুম অধিকার ওইরিবা মীহূনা বর্ণ ৪ (ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি, বৈশ্য শুদ্র) হাংগগী প্রায়-শ্চিত্ত তৌগদবনি ।। ৯১ মপোক ওনখিরা হোংবা অমিবু প্রেত কৌই মাসিগী শাস্ত্রথোক্লগ পোওং বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ হরি ভক্তি বিলাসগী

সম্মত চান্নবা তৌবনা হেল্লা ক্ষগনি হাঙ্গৈবসি ঐগী থাজবনি। হৌজিককী আতুর সন্ন্যাস বেস ওলবা হাঙ্গৈবসিদ অশঙবা মচুগী ফিভাং তৌবা পকচদে। লৈজবা খব থোং থাক্লুনা গোপালজী মহাপ্রভু অমদি ভাগবত্ত লুককম কংনবা হোংনজরিবা অচুদা অহেনবা অতেকপা সিদ্ধা এনছাংনাপী মনামশীং অচুগা চেঙ ভিক্ষা চেঙপাক কবোক তৌবা। ভিক্ষা চেঙদা পৈশা হাপ্প অমনা লৈজবা থাজরিবা শয্যাসন্দ লেংশিন-বিদবা অসিনি। বৈষ্ণবতি মচু ফি শেংলোই তৌফদে (সনাতন গোস্বামী) হরিদাস হুপীদগী চেঙনিরুবগীদমক ইস্থোকখি। শ্রীচৈত-ন্যনা চংহনখিদে।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—

> কুর্য্যাদবিধবা শ্রাদ্ধং যবেনাপ্যথ দর্ব্বয়া।
> ন স্পৃশেৎতিলদর্ভাংশ্চ যাবত্তর্ত্তু বিভূষিতা ।। ৯২

কপুরোইবা লৈবী হুপীশিংনা কুশ শিকনাং অমসুং থোইদিং শিজিন্নবা শোকপা তৌনদে। মাচুগী মহুত্তা তিংথৌ অমদি থোই-দিংগী মহুত্তা ববকৌ শিজিন্নগনি।

বৈষ্ণবাচার কৃষ্ণ মন্ত্রদা দীক্ষা তৌরবা মীনা বিষ্ণু মন্ত্র দীক্ষা কংলবা মীদগী ব্রত উপবাস একাদশীনাচিংবদা হকচিনবা অসিদি কলিযুগকী গোপাল ভট্ট সনাতন গোস্বামীনা তৌবা হরিভক্তি বিলাস পঠতি মতুং ইন্না ভৌবনা চুনবা হেল্লি। প্রেত কার্য্য-মপোক ওন-প্রবা তানপ্রবা মীগী শ্রাদ্ধ থৌরম থৌওংদা বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রনা কংলবা হৈ-লৈ প্রসাদনা বৈষ্ণব সেবা তৌবা লোইননা পিতৃ লোক্তা পিণ্ডাদান তৌবা, অচুগা থৌবু গায়ক শ্রবণ, ভাবুক, অহুম নামকীর্ত্তন গুণ লীলা কীর্ত্তন শক শোনবদা ভক্তি য়াকাইহল্লবা পৈশা কীর্ত্তন্দি তৌদবনা কৈ মাসিদি ফৌরাম রাই চেং থোকুবা

কৌগুবা তাগনি। সংকীর্ত্তনগী ভাবরস রাগ অভিনয় তাণ্ডব স্বাঙ্গ শ্রীবাসগী অঙ্গনদা তৌবদা মচা শিবগী কপ লাউবা তৌহন্দে। ক্রিয়াধারীনা শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রনা কংলমা চাক প্রসাদ অহুনা সেবা তৌবদা ইপা ইপুদা কংপদ হেন্না অপেনবা ওইগনি।

অথোংবা কংলবা অহু ফাওবদা সিধা অত্তেকপা মনামশীং মতম্‌গী খোংজ্রুম মাইরেল য়েন্দেম থুমমোরোক লুকমাই ১/২ শংবাই লিথাই, লাইত্তং অচোলবা হাপনরি। অসিদ নত্তনা মহা-প্রভু প্রতিম লেংলকপদ সংন্যাস ওইবগী মওংদা চেঙ অমুক ভিক্ষা হাপলি পৈশাস্থ হাপলি পৈশাদি, লাঙ্গৈরহুনা নিংথোগা ফাওবা উনবা য়াদবা প্রভু অমনা মুপীদগী চেঙনিরুবা ফাওবা য়াদবা মহাপ্রভুনি। লম্বোইবগীদি ভিক্ষা হাঙ্গৈবসি চাববু খওনৈ নিবগী অর্থ নত্তে।

কলিদা বৈষ্ণবাচার মহাপ্রভুনা (কৃষ্ণচৈতন্য) সনাতন গোস্বামী অম্মুম্না তাকপিবা—

ধর্ম পত্নী নত্তনা অতোপ্পা মুপীগ সঙ্গ তৌফদে। ধর্ম পত্নীগী সঙ্গদি

ধর্মাথং জীবিত্তং যেষাং সন্তানার্থং চ মৈথুনং।
পচনং বিপ্রসুখার্থং জ্ঞেয়াস্তে বৈষ্ণবা নরা:॥

মীওইবগী ওইবা ধর্মগীদমক হিংবা অহুগা অফবা মচাগীদমক্ত মুপী হিপমিন্নবা হক্তিন্নবা বিপ্রদ্বিজগীদমক থোংথাকপা মাসি বৈষ্ণব মচা১নি খওনগদবা ওই।

মাগী ওইবা মুপী ধর্মপত্নীগী ঋতু মতম (থাগী খোংকাপ) মুমিং ৪ থাদোক্লগা থাথাই অমগী মুমিংশিং মাহুস্থ ৮, ১২, ১৪ থাশি পূনিম', নোংমাইজিং সংক্রান্তি নোংমাইজিং মপোক মুমিং আহলশিংগী মুমিংশিং অসি তাককদবা ওই, অপাম্বা ইন্দ্রিগী মথা

লোনবা, মুপীগী পেন্নবা ধর্ম পত্নীদ সঙ্গ ওইবসি দোন্নদি লৈতে হান্নববু অকন্নদি ওইদে। মরুওইবা ওইন্নগসু শ্রীকৃষ্ণগী চরণ হাইজগনি "হে কৃষ্ণ ননাই মুবীগী পেন্নরক্না ফিক্ক ফিনা লেংহনুর ওাকপিয়ু।" মাসি শ্রীকৃষ্ণ প্রেম সেবা কিলারী ভক্তগী গৃহী বৈষ্ণবকী-পক্কনা অমুক্তং ওইরগসু হাইবসি মান্নি মথক্ক হাইনিবা খব'দিন অসিদসি ষাদে।

মমা মপা কাইনরিডৈ চহি অমা চুপ্পা কাওমদি সঙ্গ তৌহৈদে। মুপী ঋতু কালদা শ্রীকৃষ্ণদা হাইজগনি ইবুঙো ননাইমুবী গর্ভদা পোক-চবা অঙাং অসি মতম কুইনা নংগী চরণ সেবা তৌজবা। অসিগুম্বা বৈষ্ণবা চারগী রাধল চেল্লবদা সরকারগী পন্নিবরা য়োজনাগী পৈশা হেন্না খরচ তৌরিবসি হুম্বহনবদা মতেং ওইগনি হাইবসি থাজে।

মহাপ্রভুনা মুপীবু হম্বনা তুকচনা খল্লবা রাফম নত্তে। (আইসো জীব অমার সাথে স্ত্রী পুরুষ ভেদনয় হাতে হাতে দিবো কৃষ্ণ প্রেম ধন)।

বৈষ্ণব আচারদা ধর্মপত্নী ওইরগসু শাস্ত্র বিধিদা কানফদে, লাম্থোকফদে। পরস্ত্রীদি সম্ভাষণ কাওবা য়াদে।

শাস্ত্রনা য়াদবা বিধি বামন পুরান

ত্যাজ্যং ধর্মানি্বতৈর্নিত্যং পরদারোপসেবনং।
নয়ন্তি পরদারা হি নরকানেক বিংশতিং।।

ধর্ম খঙরা ধর্মচেনবা মীনা পরস্ত্রী মীতোপকী মুপী অঙ্গাইফদনা থাদোকফম থোকই, থোক্লবনি। করি হাইদবু পরোক্ষ শাস্ত্র উপদেশ পুরাণ পরস্ত্রী সঙ্গ তোৌবদি নরক ২১ গী অরাবা চীঙ্গাক চাই।।

পদ্মপুরাণগী রাফম অমসু

পরদারাভিগ মনাং কোটি একাদশী ব্রতং।
অপরংকিমু বক্তব্যং নিষ্ফলং নিরয়ে স্থিতি: ।। ৯৫
সত্যং সত্যং পুন: সত্যং সত্য মেব ব্রবীমিতে।

পরযোনৌ পতন্ বিন্দু: কোটি পূজাং বিনশ্যতি।। ৯৬

পরস্ত্রী সঙ্গ ওইবসি চাউথ্রবা হৌনদবা দোষ লৈ হাঙ্গৈবসি য়সিদগী অমুক করিবু হাঙ্গৈশগে মীতোপকী মুপা সঙ্গ তৌবদি কোটি কোটি একাদশী ব্রত তৌবগী মহৈ ফংদে নরকতা অহুম তাই অরেং অরেংদ পুথবা অমনা নঙোন্দ হন্না হন্না হাঙ্গৈরিবসিনি মীতোপকী মুপী ঈশিং থোঙদা বীর্য্য মরীক অমা তাহল্লবনা কোটি কোটি পূজা প্রায়শ্চিং তৌকবা মহৈ য়ান্দে।

(অহুনা সনাতন-ত্যাগী লম্বোইবদি প্রকৃতি মুপী সম্ভারন তৌবদি লাইরহুনা প্রতিমা চেদ য়েকপা চিত্রবত ফাওবা য়েংকবদে। নারদগুম্বা অমদি সিদ্ধপুরুষ ল ইওইবা নত্তবা সাধক ত্যাগীগী ইন্দ্রিশিংদি মরাং হৌনবা ওই ভক্তিগী লম্বীদ খুন্নৌ খাংবনি।)

অহুনা অসৎ সঙ্গ হায়বদি পরস্ত্রী সঙ্গ তৌরুবদি লাঙ্গৈরহুনা ধর্ম পম্বীদা সাক্রনা রাদবা তিথি থাপান্দ সঙ্গ তৌবা অমসি পরস্ত্রীদ মিতাথবা স্ত্রী ফাওবগা তিন্নফদে।।

মসিগা অম্বী লৈমবা রাকম হরিভক্তি বিলাস (১০ ম বি)

অসদভি: সহ সঙ্গস্থ নকর্ত্তব্য কদাচন।
যস্মাৎ সর্বার্থহানি: স্যাদধ:পাতশ্চ জায়তে।। ৯৭

অসৎ সঙ্গ করিগুম্বা মতমদা মঙদ ফাওবা তিন্নরোইদৌবনি মরমদি মাহুনা মরম ওইহুনা মপোক অসিদা মথল মথা করাগী অনিংবা অপাম্বা মরীক অমা ফংবগী মহুত্তা হেন্না মাঙজবা ওইবগা লোইননা নরকী চীঙ্গাক চাবা হেন্না হেন্না লৈথা তাবা ওই।

করিনা মী ওইবদি মতম অসিগী কৃষ্ণ মন্ত্র কংবগী অর্থ খোক্তে শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিং থম্বা ঙমদে লুনা খোকই।

ইন্দ্রিগী ওইবা ভোগ্য স্পর্শবিষয় অমুকী মতিক কল্লি অমদা শ্রীকৃষ্ণ ভজন্দ ভক্তি সেবাদ পুক্নিং চংদে নুপীগী মকমদা লেঙদনা লৈ।

মসিগী মরমদা সাস্ত্রনা পাঙুননা হাঙ্গ—

মাত্রা স্বস্রা দুহিত্রা বা নাবিবিক্তাসনো ভবেৎ

বলবানিন্দ্রিয় গ্রামো বিদ্বাং সমপি কর্ষতি ।। ৯৮

মমা মচন মচানুপীগা লোইননা অপিকপা আসন অমদা ঙাননা খেংননা অচিকপ মকমদ ফমিন্নরোই, লৈমিন্নরোই করিগীনো হাঙ্গবদা পণ্ডিত ওইবা মী ফাওবগী চিংশিন্নবা শক্তি ঈথিল লৈ জ্ঞানবু নমহৎলি।

শ্রীমদ্ভাগবত বচন—

যোপ যাতি শনৈর্মায়া যোষিদ্দেব বিনির্মিতা

তামীক্ষেতাত্মনো মৃত্যুং তৃণৈঃ কূপমিবাবৃতং ।। ৯৯

হাঙ্গবদি—নুপীশিং অসি লাইনা শেম্বা অথন্নবা মায়ানি। করিগুম্বদ কনাগুম্বা নুপী অমনা তপ্প তপ্প থর থব লাকপা নকুব হৌবা মাসি অশিবা লাইনা খুৎনা লামলকপনি অমনা নাপী শিংনানা কুপ্প গুহা অরুবা কোমদা খোংকম শিথবগুম্বনি।

কনাগুম্বী নুপীনা মপুরোইবা অহূনা অপাম্বা লৈত্রে থন্নুনা সেবাদা পাঙথোংহনা মনাক্ত লাকুনা লৈরব অহূবু কাওবা কান্নদবনি লোৌগনি। অহূনা ভক্তি লৈ‍শী নুপী, বুদ্ধি লৌশিং বৈরগ্যনা তিন্নবী নত্রগা ঙাউরবী, তুমলিবী, অমদি শিরবা ওইহূনস্ম মনাক নকশিনবা তোরোইদৌবনি।

কনাগুম্বী অমনা গীত গোবিন্দ শকপদা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা চেনশিনখিবদা ইবুঙো। শক্লিবী অসি মুপীনি হাঈছুনা থামলুবা মীতুদা ওঃ ঙসি ঐগী থৱাই কনবিরে হাঈজখি (চৈতন্য চরিতামৃত)

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে—

(দারুময়ী প্রকৃতি হরে মুনেরপি মন)

নীতিশ্লোক—

তপ্তাঙ্গারংসম পুমান ঘৃতকুম্ভং সম নারী।
দ্বয়ো নৈকত্র স্থাপয়েৎ বুদ্ধিমাঞ্চ বিচক্ষণ॥

নিপানা মৈতাল অঙাবগা মান্নে মুপীনা ঘি চফুগা মান্নে। বুদ্ধি লৈবা মনুংখিনা উবা মীনা অনি অসি মফম অমতদ পুন্না থমফদে। শৌদোকনি।

শ্রীমদ্ভাগবত ৩।৩১।৩৫

ন তথাস্য ভবেন্মোহো বন্ধ শ্চান্যপ্রসঙ্গতঃ।
যোষিৎ-সঙ্গাদ যথা পুংসো যথা তৎসঙ্গি সঙ্গ॥ ১০১

মুপীদ মিতাবা মুপা অতুগা তিন্নব অতু ফাওবা সংসারগী ওইবা পওথবা, অফা অপুন লাং কোংগোইদা থুনবা ওই অতুনা মুপীগা তিন্নরুবা মুপাতু ফাওবা তিন্নফদে।

শ্রীকপিলদেবনা মমাদা হাঈখিবা ভাঃ ১১।৩১।৩৩-৩৪

সত্যং শৌচং দয়া মৌনং বুদ্ধি হ্রীং শ্রীযশঃ ক্ষমা।
শমো দমো ভগশ্চেতি যৎসংগাদ যাতি সংক্ষয়ং॥ ১০২
তেষ্বশান্তেষু মূঢ়েষু খণ্ডিতাত্ম স্বসাধুষু।
সঙ্গ নকুর্য্যা চ্ছোচ্যেষু যোষিৎ ক্রীড়মৃগেষু চ॥ ১০৩

অমাদ অঙ্গ হাঙ্গিবসিনা মীওইবগী ওইব গুণ সত্য শৌচি, দয়া মৌন বুদধি শ্রী, শ্রীযশ ক্ষমা শমদম ভগ অসিনচিংবা অমাণ্ডবা কংই।

ইমা ইবেম্মা নুপীদা ভাউজবা য়োংগুম্বা মপুনিংবা ঈথক ঈরাংদ হৌতুনা লৈবা নুপীগী মথা পোনবনা সাধু পুরুষেন ফংওবা অপাঙি ওই।

মসিনা ত্যাগী সংন্যাসীনা নুপী মনাক নকফদে। লোইননা ভগবদভক্তি লৈতবা মীবু করিগুম্বা মতমদা উনরোইদৌবনি।

(মা ব্রহ্মা: ক্ষীণ পুণ্যান কচিদপি/ভগবদভক্তি হীনান মনুষ্যান) ভক্তি সাধনগী ঈথিল ফাউরকপা মীগী মফমদদি বর্ণাশ্রমগী ওইবা লাইনিং ভাইবা হৌনদে। ভক্তি লাইনিংদি অভাং অহলগী ফিরেপ মথা পোন্দে, কুমার ৪ ধ্রুব প্রহ্লাদ নারদ জয়দেব সুরদাস রঘুনাথ দাস ভট্ট রঘুনাথকী জীব ৬ গোস্বামী, নরোত্তম কৃষ্ণদাস নববিন্ধ ভক্তি শ্রবণ কীর্ত্তন্দা স্মরণদা অকনবা অচেৎপ ব্রত লৈবা থম্বা তভাইফদে অচেৎপা ফিরেপ লৈত্রগদি ভক্তি ময়োল চোংদে। ভগবত ভক্তেগী মাইকৈদ ভজন অনুকুল বিষয়ক ব্রত লৌবা কাউফদে।

শ্রীকৃষ্ণ ভজন্দ—২ ভ: বি ১১—অঙ্ক: ৪১৭/৪১৮

আনুকূল্যস্য সকল্প: প্রাতিকূলস্য বর্জনং।
দক্ষিষ্যতীভি বিশ্বাসো গোপ্তৃত্বে বরণং তথা।।
আত্মনিক্ষেপ কার্পণ্যে ষড়বিন্ধ শরণাগতি।। ১০৩

তবাস্মীতি বদন বাচা তথৈব মনসা বিদন্।
তৎস্থান মাশ্রিতস্তন্বা মোদতে শরণাগত:।। ১০৪

য়াম্না থাজবদা ভাংবগ পুক্নিংগা অমতা শুইনা তৌবা স্বীয় মদীয় ভবাহং, মমক্ষং – নংগীনি ঐ, ঐগীনি নং। অম্বুরা হৃকচিন্না আত্মা সমর্পণ তৌবা।

সাধন ভক্তিনা কৃষ্ণ প্রেম ফংবা

কৃতি সাধ্যা ভবেৎ সাধ্যভাবা সা সাধন্যভিধা।

নিত্যসিদ্ধস্য ভাবস্য প্রাকট্যং হৃদি সাধ্যতা ॥

মিংনাকোংনচিা ইনদ্রিশিং থোংমাক্লবা য়ুশিন্না শ্রবণ কীর্ত্তননচিংবনা তৌবহু সাধন ভক্তি কৌই, মাহুন ফংবা প্রেমভক্তি অহু সাধ্য কৌই। সাধ্য প্রেম ভক্তি ফংলবা নিত্যগীদ্ধহুদি অমুক সাধন লৈত্রে মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম লীলা গুণশিং অহু উহুনা তাহুনা নক্সমন্নী লৈবনা, অহুনা প্রবাপ যজ্ঞদা ব্রজ বার্ত্তন তৌহলখিদবহুনি। কৃষ্ণবু কাউদব ব্রজদ বার্ত্তন তৌবদি অর্থ থোক্তে (ব্রজ প্রেম)।

সাধন ভক্তি অনি শুই বৈধি ভক্তি, রাগনুগা ভক্তি।

তপমাদ ভারত। পর্কষ্মা ভগবান হরিরীশ্বর ঃ।

শ্রোত্তব্য কীৰ্ত্তিতব্যশ্চ পমর্ত্তব্য শ্চেচ্ছতা ফযং ॥

ভাঃ ২।১।৫ শ্লোক

শ্রীশুকনা হাঈখি হে মহারাজ পরীক্ষিৎ।

বিষয়ী ওইবা মীদি মায়ানা পুন্দুনা লৈ মাহু নাহোক্সবা অনিংবা লৈ অহুনা শাস্ত্রনা হাঈবা নিয়ম অহু তৌই মাসিদা প্রেম ভক্তিগী অনিংবা থৌরাংবা য়াউদে, অহল ওইরকপা অমদি মীনা করি হাঈগনি হাঈবগী ইকাই থাং অহুগা থওদে হাঈখিনি হাঈবগী অকিবা লোৎলগা তৌবা য়াউদব নত্তে মাসি বৈধি ভক্তিগী মওংনি।

রাগনুগা ভক্তিদি শ্রীকৃষ্ণগী সেবা থৌরাংবহু ফংনবা বৈধি ভক্তিনা পাঈনহুনা; তৌই রাগানুগা লৈরবা মীনা প্রেম সেবাদ

থৌরাংবা হকচিল্লবদি শাস্ত্রগী বৈধি (ভক্তি) নিয়মবু কোম্মথোকই।
তৌশিন্নবা ভক্ত শাবনা শাস্ত্রগী রাগেল বৈধিভক্তি কোম্মথোকপা অকব ওইদে। অর্জুন্না শ্রীকৃষ্ণদা হংজখি ইবুংঙোগী প্রেম পাত্র কনাবু থঙনগদগে ?

শ্রীকৃষ্ণ বচনামৃত

চৈচ-আ ৪ পঃ নিজাঙ্গ মপি যা গোপ্যো মমেতি সমুপাসতে।
তাভ্যঃ পরং ন মে পার্থ নিগূঢ় প্রেম ভাজনম্।

হে পার্থ কুন্তীগী মচা অচুম্বী গোপীশিংনা মথোঙ্গী মশাক্‌-মকপুম্বু মমল লৌদনা কথোক্লগা কৃষ্ণ ঐগানি অসুম্না উপাসনা তৌই। অদুনা মথোঙ্গদগী অথোইবা অহেনবা কৃষ্ণ ঐগী অতোপ্প প্রেমগী তুংনফম অথুপ্প লৈতে। মেংউ মথোঙ্গীনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তৌবা থনবা।

চৈ-চ—আ ৪ পঃ

সহায়া গুরবঃ শিষ্যা ভুজিষ্যা বান্ধবাঃ স্ত্রীয়ঃ।
সত্যং বদামি তে পার্থ গোপ্যঃ কিং মে ভবন্তিম॥

হে অর্জুন ! নফমদ রাশকতুনা হাঙ্গৈরি অচুম্বনি— গোপীশিংনা গুরু ওইদুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা প্রেম শিক্ষা পী কৃষ্ণ ঐগী সহায় তৌই, শিষ্য ওইনা ঐগী য়াথং চাকই, অমুক্না মীনাই ওইনা সেবা তৌই বন্ধু ওইনা অপেনবা ওই নুপী ওই, ওইদবা অমত্তা লৈতে কৃষ্ণ ঐগীনি হাঙ্গৈরবদি পুন্নমক ইওই ওই। অদুনা রাগানুগা চংলগা ভাব অদুনা থৌরাংবা মেবাপাম ওইবা তাবনি।

ভক্তি প্রেম কংনবা সাধনদি —কৃষ্ণ ভক্ত বৈষ্ণব অমগী মফমদা কলি অরক নাম — যহোশ নামগী মন্ত্রদা য়াউদ্রিবা সম্বোধন হরে কৃষ্ণ রাম অদুম কৃষ্ণভবু থঙবা মীদগী জাং বিজাং থাঙ্গদনা কৃষ্ণ মন্ত্র

খণ্ডহনা লুনা নিংবা খণ্ডবা অহনা ঐগীদমক্তা হকচা' কান্নাংশিংনা পাইগু ওইহনা রাহৈনা ঐগী গুন শকশোনবা ঐভোন্দ পুক্লিং কংপা, কর্ম ইন্দ্রি জ্ঞান ইন্দ্রিগী অপাম্বা থাদোকপা অহুগা ইন্দ্রি মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ইনদ্রিনা সেবা তৌবহু পেন্নি —(হৃষিকেন হৃষিকেশ সেবনং ভক্তিরুচ্যতে)।

মহাপ্রভুগী সিদ্ধান্ত ভক্তি —(জীবেদয়া, নামেরুচি ভক্ত সেবন) ভক্ত কৌবদি— মতম অসিদা পরমার্থ প্রেম ধন ফংজনা শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র পীবা দীক্ষাগুরু অমনা প্রেম ভক্তি সেবা মচা থাঙনা তাকপিবা শিক্ষা গুরু অমনা সাধারন ইমা ইপা অহুম অসি প্রত্যক্ষ মিংনা উবা শ্রীকৃষ্ণগী মহুৎ শিনবা ভক্ত ওইনা মরম অহুননি ভক্তগী সেবা তৌবতমা কৃষ্ণগী ওই হাঙৈরিবা। পরোক্ষ জ্ঞান গুরু ফংদ্রেগনু অপরোক্ষ গুরুভক্তশিংগী কৃপানা কৃষ্ণ চরণ সেবা ফংগনি শ্রীওইবনা হৈজ-শিংজ খজলগদি মপোক অসিদা অহুম ফংগনি, কর্ম জ্ঞানগী ফলদি মথংমপোক্ত, ভক্তি প্রেমদি হৌজিক খুদম ধ্রুব প্রহলাদ, অজামিল পরিক্ষীৎ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা ভক্তশিং মুপীদা হরিদামবু পুক্লিং ওলহলবা লাকপা বেশ্যা, চৈতন্য ভক্ততগী ওই। মমুংদা মাধবী, মিরাবাই অসিনচিংবা।

বৈষ্ণব ভকত গুরুশিংদি কৃষ্ণ অর্পিত বস্ত নির্মাল্য পাম্বনি লৈ তুলসী হান্না কংপা মাদবনি, মধুর যুগল সেবাদি হান্না থোদা-বিগনি পরোক্ষ অপরোক্ষ ওইরগম্ব। (ইনদ্রিনা উব ফংদব, ভাব, মাওমকতদা হকথেংনবা)

হকথেংনবা সদগুরুগী পাউমেল—

ভাঃ ৪।১১।১০ নায়ং মার্গো হিসাধুনাং হৃষী কেশানুবর্ত্তিনাম্।
যদা স্মানং পরাগ গৃহ পশুবদ্ভূত বৈশসম্।

ময়ুনা শ্রুবদ তাকখিবা— জগত্তা উরিবা হকচাং পায়বা জীব খুদিং-মক্কী ইনদ্রি কায়াংকী মপু শ্রীহরিনি অদুনা আত্মাবু হিংসা তৌদনা মাওহলবা হাঙ্গৈবসি রাথল য়াউদবা শাগী মচংনি। ইনদ্রি কয়াং মপু শ্রীহরিগী (ভক্ত সাধু) ইদ্রি পেন্নবত্ত তৌবা ভক্ত সাধুশিংগী লম্বী নত্তে অতোপ্প য়াই ফগদবা মরম নত্তবা ঙাইহাক্কী ওইবা মরমদা জীবগী হকচাং হাংপ তুপ্প থাদোকউ।

সম্বন্ধ অভিধেয় সাধনদা সাধ্য প্রয়োজন প্রেম ফংনবা লম্বী।

ভাঃ ৪।১১।১১

> সর্বভূতাত্ম ভাবেন ভূতাবাসং হরিং ভবান্।
> আরাধ্যাপ দুরা রাধ্যংবিষ্ণোস্তৎ পরমং পদম্।।

য়েংউ উরিবা জগৎ অসি মানা ঙাক্ত ওইবনি, ব্রহ্মাণ্ডগী মরুৎ পীক্তকপা জীবগী হকচাং কয়াৎ অসিদ তন্তর্যামী ওইনা লৈরিবা মাবু য়ানা নিংছুনা অথোইবা খুবম ফংথ্রবা নহাক্না করিগীদমক নশাগী নরনাইগী ওইবদা মরূপ ৬ পু য়েক্রবা খুলাই ওইনা শিজিন্নবা জীব হাংপা তুপ্প হোনদে।।

হে মীওইবা অপাম্বা মীহোবা অশাউবা, ওইজনাম অরাম্বা থোয়াংবা মথোঙ্গৈ ৬ পু মরূপ ওইনা শিজিন্নৌ মসিনা জীবগী সেবা কর্মদা শিজিন্নবদ ফংবদা য়ারবা হবিপ্রেম অদুম ফংলবনি উম্মুংদা মামুংদা ধ্যান তপস্যা ব্রত তৌরুবগী অর্থ তাদে হৌজিক কলি যুগনি।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী (জীবে দয়া, নামেরুচি, বৈষ্ণব সেবন,) মসিগী সিদ্ধান্তদা মহাত্মাগশীনা রাজনীতিবু জীবজন সেবাদ শিজিন্ন-বনা ভক্তি প্রেম ফংথি।

মী ওইবদা ভাবধারনাগী ঈচেন অসি কংবলৈতনা হিংহনা লৈরবা ভাগবত্তনা তাকৗলি।

ভাঃ ৪।১১।১৩

তিতিক্ষয়া করুণয়া মৈত্র্যা চাখিল জন্তুষু।

সমত্বেনচ সর্ব্বত্ম ভগলান সম্প সীদতি॥

মমুনা হাঈখি ইবুঙো ধ্রুব ঈশ্বরনা পেনবা শাজং লমচং গুরুজন পূকচেন চাউবা, সাধুসঙ্গদা ইকাক খুমবা অথাঙ কনবা উৎপা লেংমান্নবদ শামান্নবদ মরুপকী রাথল থনবা মচং রাথল য়াউদবা জীব জনতু অতোনবদা মীমুংশি অদুগা ঐগ চপ মান্নবনি থনব, অসিদ ফাওব অন্তর্যামী ভগবান্না খুঙবী পেনবিবনি।

ভক্তিগী লক্ষণ খুদম অমুম্না তাকই নারদ পঞ্চ রাত্র চৈতন্য মৃত।

মঃ পঃ ১৯

সবে'াপাধিবিনির্মুক্তং তৎপরত্বেন নির্মলম্।

হৃষীকেন হৃষীকেশ সেবনং ভকতি রুচ্যতে॥

জীবগী হকচাং কায়াৎশিংগী মপু অন্তর্যমী শ্রীকৃষ্ণবু ইনদ্রিশিংনা থুগাই ওইনা চপ য়ুংনা অমতা ওইনা পুক্লিং লুপতুনা সেবা তৌবছ ভকতি কৌই। ১। থাজবা ২। সাধুসৎসঙ্গ ৩। ভজন ৪। অনর্থনিবৃত্তি ৫। নিষ্ঠা ৬। রুচি ৭। অসকতি ৮। ভাবরতি (ভাব) ৯। প্রেম।

ত্রিযুগতা উপাস্য দেবতাগী ইষ্ট মন্ত্র বিষ্ণু মন্ত্র বৈকুণ্ঠ কংব অদু কলিযুগ অসিগী ফোংন শোনবা নাম মন্ত্র—

ষোল নাম হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥

মসিগী সাধ্য মন্ত্রদি কৃষ্ণ মন্ত্র অমুগা অপুম্প নিকুঞ্জ রাগানুগা সেবা যুগল মন্ত্র অসিনি। মাসি জাতীয় ব্রাহ্মণ গুরুশিংনা খল্লখিবা অতম য়োরে। হান্নগী মোইরাংফৌ ফৌরেলবু মতমগী কৌনা মহুৎ শিনবা পোথোকলৈনা।

মীওইবা বর্নাশ্রম ধর্মচৎপা কাংলুপ অসিগী দর্শকর্ম সংস্কার পাঙথোকপা বৈষ্ণব সমপ্রদায়গী পোকপা শিবা চপ মান্নে অমুযু লান্ন থোরমদা মুমিং মশিং মান্নদ্রগস্থ ব্রাহ্মণী ক্ষেত্রীগী লম্বোইবগী (বেশ ওল্লবা) থোরম তোঙাল্লিবা অসিস্থ হরি ভক্তি বিলাসকী বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ হাঙ্গৈরগা লোইরে, সিধ, খোংদবা চেং এনছাং অতেকপ কৎলু-বগী মথৌ তাদ্রে। শ্রীকৃষ্ণদা সংকীর্ত্তননা মাঙওইননা কৎ-বা থোংথাক্তুনা লৈরবস্থ সিধা চাবা অথোংবা চাবা লাই অনি শুহল-বগী ভাবনা অসি খল্লবা মতম য়োরে।

আশ্রম ধর্ম চংথিদ্রবা বৈরাগ্য কনা লৈজদ্রবা হরিদাসগী মতৌ তম্বা হোনদে, ভীষ্মগী শ্রাদ্ধ তর্পন শ্রীকৃষ্ণনা, অমুগা হরিদাসগীনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা শ্রাদ্ধ উৎসব নিরগা তৌথি।

লংফৈ তীর্থদ হৈ-লৈ চেংপাক য়াম্না পীণ্ড (পিণ্ড) কৎনৈ। য়ুমদদি শ্রীকৃষ্ণদ কৎপা প্রসাদনা পিণ্ডদান অমুগা প্রসাদনা বৈষ্ণব আপ্লাহার।

সাধুগী রাথব্দি ভাগবতনা হাঙ্গৈবা শ্লোক

ভাঃ ৬।৫।৪৪

শ্রীগুরু উবাচ

প্রতিজগ্রাহ- তদবাঢ়ং নারদ সাধুসম্মতঃ।
এতাবান সাধুবা দোহি তিতিক্ষেতেশ্বর স্বয়ম॥

শ্রীভাগবত ভারিবা পরীক্ষিংকী মকম শ্রীশুকনা হাঈখি হে মহারাজ দক্ষ প্রজাপতিনা মচাশিংবু নারদনা গৃহস্থাশ্রম চংদনবা ব্রহ্মাপ্রচার্য্যচংপগী লাইনিং লম্বেলদ পুশিনখরে লমল ও শিংনবগী মরী থদংখরে দেব ঋণ ঋষি ঋণ পিতৃঋণ ভূত ঋণ, নৃঋণ, মাসি হুংশি খণ্ডবা নিবৃত্তি, মার্গচংপা সাধু বেশ শেংপা নারদ নংনা তাকপদগী ইচাশিং মাঙবনি অতুনা নংহাক নয়ুম লিংদবা পৃথিবী কোঈনা চংপ য়ুমলিংদবা ওহয়ু হাঈনা শাপ তৌখি, মাতুদা নারদনা শক্তি লৈবা ওইহনাসু লমল খুমখিদে নারদনা করে করে হাঈনা য়াখি অতুনা সাধু পুকচেন হাঈবসিদি চৈরকপা মীচৈগী অরাবা কোজাই থাঙবা অসিনি, মাসিনি সাধু হাঈবতু নত্তবা অরানবদ কনাদসু তৌদবা মশাগী ওইজনাম খন্দবা থ.াই পুম্নমক্কা কাল্যাণ য়াইফনবতা খনবা যীশু, শ্রীচৈতন্য, গান্ধী।

অমাবস্যাং পিতৃশ্রাদ্ধে অম্বুবাচী দিনত্রয়ে।
লাঙ্গলেন কৃতে থাতে পৃথিবী কম্পতে সদা॥

য়োং লাঙনা লৈপাক তৌথাইবা, থোইবা, ফাংপা তৌহৈদবা নুমিং—খাশি নুমিং অহল লমন মপাগী কুমওন, অতুনা চহিগী ওইবা সৌর মাষ আষার ৭ — জুন তারিখ ১/২২ অসি অম্বুবাচী হৌবা মতম্নি অতুনা নুমিং ৩ নি অসিদা লৈপাক তৌবা থোইবা ফাংপা হৌনদে মাসিদা লাঙমা থোইরুহ। মীতু পাপী ওই, মাতুবু কিবনা মালেম লৈমা পৃথিবী মতম পুম্নদা নিকই। য়ুহার হাই তৌহৈদে।

আত্মা নাম গুরুনাম নাম্মানি কৃপনাম্নিচ।
দিন মেকং হরেদায়ু জেষ্ঠ পুত্র কলত্রচ॥

মিং তাকহৈদবা—মীশক মীওং মুন্না খঙদবা অতোপ্পদা মশাগী মিং গুরু আহল লমনগী মিং তাকহৈদে, হেক তাকলুবদা মচান্নুপা অহলগী অমদি লোইনবী নুপীগী পুন্সি নোংমদি মাঙই।

অগ্রে পৃষ্ঠে তথা বামে সমীপে গর্ভমন্দিরে।

জপ হোমং নমস্কারং নকুর্য্যাৎ কেশবালয়ে।।

খুরুম্বা হেঁনদবা শ্রীহরি মন্দিরদা অমদি মন্দির লাইস্নুংদা প্রতিমা মূর্ত্তিগী মাংদা তুংদ, ওইদা খুরুম্বা হৌনদে তৌহৈদে অমনা জপ, হোম তৌবসু হৌনদে। য়েৎ ওইনানা মূর্ত্তিদগী লাপুক্লা ভক্তি তৌগনি।

তৈল্যা ভ্যাঙ্গে মৃতস্থনে ক্ষৌরকর্মন্ত্রী সঙ্গমে।

অশুচি জায়তে তস্য স্নান মাত্রেন শুদ্ধ্যতে।।

ঈরুদ্রিমথৈ শংদবা—হকচাংদ থাউ তৈবদ. অ শবা মফনদা চৎলুবা শোরুবা অমদি শম— কোকপা, নুপীগা শয়রুবা হকতিন্নরুবা, অসি-শিংসি অমাংবা ওই অতোপ্প অমগা শোরুরুবা ফত্তে করি হাঙ্গববু ঈরুজদ্রিবা মথৈ শেংদে ঈরুজরগা শেংই।

পরদার রতাশ্চৈব পরদ্রব্য হরশ্চৈব।

মৃতেব নরকং যান্তি পিড়্যন্তে যম কিঙ্করৈঃ।।

মীওইবগী থোওং শাজত্তা ফত্তবা—মীওইবগী শাজংনা মীতোপকী নুপী পাম্বা, নাগী পোৎ হুরানবা মীশক মীওইশিং অ.স হেক শিবগ যমগী মনাইশিংনা য়াম্না তমথিন লাক্লে অকুপ্প হকচাং বুদ্ধি পুক্লিং লৌশিংগা লোইনবা জীব থরাইহু খম্বরগা য়েংউ, ওসি মিং ১/১ নাইরিবা অপৌবা হকচাং অসি উতুপ তাবগুম তুমহনা ফমুংদা লৈ, তুমদবা থরাই ৫ প্রাণ অপান ধ্যান সমান উদান্দি য়ুমশংবা শক্তিগুম লৈরি মাসিদা মঙদা চৎলি থবক তৌরি অম্না অনা নংলি কপলি

নোঙ্খি নত্তবা থবকসু তৌরি অফা অপুন থাঙলি মাচু অকুপ্প হকচাংনি, অহুনা রাখল লৌশিং লৈবা মীওইবগী কোক শানবনা তৌব হৌনদব থবক রাখল তৌফদে তৌরমদি, অতাওবা মপোক অসি রাজগে নরান খুরুম্বা থেল চঙজাগে দরকাস থাবগুম মশা মথোঙ শীঙজংনা য়ানবা থোকই শিবমক্তা অরাবা নরকী কুণ্ডদ চৈরাক দণ্ডী কংবা মহুদা মরূপ মপাং ইমা ইপা ইচিন ইনাউ ইচাগী মরী অমত্তা লৈত্রে। অহুনা অশেংবা রাখল অশেংবা থবক তৌবা ভঙাইফদমগী পাউতাক শীবগী খুদম মনিপুরগী চৈরাপ লোইশঙদা যমগী মনাইশিংনা নরকতা লাক্লবগী চিত্র উৎলিবনি। অহুনা রাখল লৌশিং লৈবা মীওইবনা অপোৱা হকচাংগী নত্তবা শাজং অকুপ্প সুংগী ওইবা নত্তবা রাখল মীচৎ অমনা কাংলুপ, শাগে নাইবনি চৎকম থোক্তবা লমচং চংফদে তৌফদে থনফদে, নত্তবা চংলুবা, থল্ল্বগী নরকী মিয়াং মতম লোইরগা কংকম থোকপা মপোক শা ডা তৌল, কাং লথা ৮০ হল্লা পোকনি মসিদা ভগবত শ্রীহরিগী কৃপা অমা নংত্রিবা মথৈ মীগী মপোক লাকথিরোই, কৃপা হেক লৈবদা পুরাণ কথাদা শ্যামুদগী লাইরেন্দগী হংকোক চুমদগী মীওইপোক্ত পোকপগী রারী ইরি মরম অহুনা মীওইবদি (উদার চরিতানাং বসু ধৈব কুটুম্বকং) মহাত্মানা ঐগী লৈপাক পৃথিবীনি ইজাতিনঃ মীওই-বনি হায়ি। অধি দৈবিকী ওইবা মীশি মীনা থোকপদা মীমুংশি মজেং দেশ অমদা দেশ অমনা তৌনরি। (শ্রীচৈতন্যগী সিদ্ধান্ত পাউমেন (৩) জীবেদয়া, নামেরুচি ভক্তসেবন)।

নরককী চৈরাক কংদনবা রাখল্লা থবক্লা নত্তবা মিংয়েং মঙদ কাউথা তৌকদে। মীতেংপ মুপীদ অরাদবা রাখল ইমাগুম থনবা, মীপোং হুরান্দবা।

তুলসী দশরাত্রানি বিল্বপঞ্চদিনং তথা।
পঙ্কজঞ্চ ত্রিরাত্রঞ্চ ধাত্রি সম্বৎসরং তথা ॥

লাইগী থবক্ত শিজিন্নবদ মগুণ মাঙদবা মতম তুলসী (বৃন্দা) পাম্বী অ.স কৃষ্ণদা লাইদা কংনবা শিজিন্নবদা সুমিং ১০ ফাওবা য়াই, হৈ খাগোক্লা শিবা মহাদেবদা সুমিং ৫ নি, অতুগা থম্বালনা অহিং ৩ ফাউবদা লৈমন চনবা কৌদে কংপা য়াই হৈগ্রুদি চহি অমা ফারবসু মগুণ মাঙদে। (মসিগী দমক খুদম মনিপুরগী নিংথৌ ১দি প্রজানা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দদা শগোলবন্দ থাঙপাংতা হৈগ্রুহিদোংবা থগুনবা অতুদা পরেং কংনৈ)।

সর্বহিংসাহিবর্জ্জেষু: সর্বত্যক্তা চ যেনরা:।
সর্ব হরয় দ্রব্যঞ্চ ভে নরা: স্বর্গগামিনৌ ॥

মীওইবা -পোক্ত শেন্দোং লবা রাখল থবক্ত হিংসা হাঙবদি, কনাগুম্ব জীব অমগী মফমদা বাহৈনা পুক্লিংনা থধকনা অন্নাবা পীদবা তৌবা তারগসু শ্রীহরি কাউদবা তৌফম থোকপা ইথোগী মনুংদা ওইবা জীবন যুদ্ধা হিংনবা লালফম, হিংসা পুম্নমক থাদোকনবা মীশিং অমদি মীরল মীপোৎ মীগী হকতা খুংথিংজিনবা, মোং চৈ কান্দবা অনি অসি স্বর্গ লম্বী কৈরাক্তী থাক্ত চংলবনি। (হিংসা বৃত্তি থাদোকপা মীপোৎ হুদবা)

বিষ্ণু পূজা গৃহে যস্য অন্য সংপূজয়েদ যদি।
স ত্রব মূঢ়ধীদ্গে বৈষ্ণবো জাতি দুগতিং ॥

শ্রীকৃষ্ণগী মন্দিরদা অতোপ্প লাই পূজা তৌহৈদবা, বৈষ্ণব ধর্মদি সনাতন মধুসূদন বাসুদেব জনার্দন হৃষিকেশ, রাম, মাসিগী দীক্ষা মন্ত্রদ চতুর্থী বিভক্তি হাপ্লগা নম: শব্দ হাপ্লগা তৌই, গুরু প্রণালী ন্যরায়ণ ব্রহ্মা নারদ ব্যাস, শ্রীশুক, ভাগবত পাঞ্চরাএ য়ুক্ষম ওইরগা বেদনা

লক্ষ্য তৌবহুমক স্মৃতিনা পুরাণনা দশাবতারবদ শ্রীকৃষ্ণায়তুষ্ঠ্য নমঃ ব্রহ্ম সংহিতাগী গোবিন্দ আদি পুরুষ ভজামি, ভাগবতকী কৃষ্ণস্তু স্বয়ং ভগবান স্কন্ধ ৯ না লক্ষ তৌরিবা দশম স্কন্ধ বৃন্দাবন শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা আশ্রয় তৌনবা সান্তদাস্য সখ্য বাসল্য মধুব প্রণালী ভজন লপ্পী কৈরাক, সম্প্রদায় ৪ দগী ঈথাই অমা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা অচিন্ত্য ভেদা ভেদ বাদ সিদ্ধান্তদ সনাতন গোস্বামীদ হংহলবগী শকতি কৃপা পীরিবগ তাকপিখি মাতুদা নিকুঞ্জ যুগল সেবা রাগা নুগানা ফংগদবা অন্তচিন্তিত সিদ্ধদেহ ভাব মানসিক প্রেমানন্দ, মসি মখল ৫ গী সাধনতনা ওইবনি।

মরম অতুনা ব্রহ্মা শিব লক্ষ্মী দূর্গা গনেশনা পামজবা বিষ্ণু পূজা মন্দিরদবু অতৈ পূজা তৌবা হৌনদে হে দূর্গে পারবতী খওজিল্লু অতৈ লাইবু পূজা তৌরুরবদি বৈষ্ণব জাতি মরাইবক থীবা খোং-শোঙ্গবা নাস্থবা অমুক হৌগৎপদ রারগদবা শা, ঙা তীল কাংগী মপোক ফংই। এবিষ্ণু মন্দিরদা অতৈ লাই পূজা তৌফদে।

গন্তব্যং যত্নত: কাশ্যং স্নাতব্যং জাহ্নবীজলে।
স্বর্ত্তব্য সর্বদাবিষ্ণু কর্ত্তব্য ধর্ম সঞ্চয়।।

বৈষ্ণব ধর্ম চংপ মীনা তৌগদবা ধর্ম তানবা থবক — বিশ্বনাথ মহা-দেবনা ঙানবিরিবা কাশী তীর্থ চেকশিন্না চংকদবনি, অদুগা গঙ্গাগা স্নান তৌগদবা ওই, মতম পুম্নমকতা শ্রীকৃষ্ণবু নিং শংগদবা ওই, মাসিনা হকচাং অমদি থমোই পূক্নি শেংবা হেল্লি ধর্ম পূণ্য তান-শিনবা ওই।

পূণ্যার্দ্ধং হরতে জ্ঞানৈ স্তদর্দ্ধং পুত্র পাহুকৈ।
তদর্দ্ধং তৈল্যমাস ভ্যা সর্বহর স্ত্রী সঙ্গমে।।

মীওইবগী পুন্সিদা ধর্মপুণ্য মরেং তাবা ছুমশিনবদি— মচাম্বিপান্না অনকপা তীর্থ মন্দির চৎপদা লোনাই তোংবা ধর্মপুণ্য তম্মাই অমা মাঙই খুরুম তোংলগমা মাতুগী তম্মাই অমা তাই। অদুদগী হেন্না মাঙবনা থাউ, ঙা চাবা অমিদিনা হেল্লি. পুম্মক মাঙবনা মুপীভিক্ক-বনা ইহেল হেল্লি। মাসিনা ওইবা তাই শ্রাদ্ধ কর্মগী ক্রিয়া ধারীনা থাঙপাঙ্গইদুনা মাশকপ, একাহার ব্রহ্মচার্য্য নিয়ামিদ।

প্নানং রজক তীর্থেষু ভোজনং গানিকালয়ে।

শয়নং পূর্ব পাদেন ব্রহ্মহত্যা পদে পদে ॥

মওং চাদবদা শাজত্তা পাপসি হেক্ত ওই—কিজু কিজাম তৌবা থোবগী তীর্থশিংদ ঈরু মাইথবা অদুগা ওক্কবীগী য়ুমদা চাকচা হৈজাম্লবা তৌবা, অদুগা তুম্বদা মকোক লোংচুপ ওনবা থোঙনা নোংপোক ওনবা মাসি তৌরুবা মহাক মী অদু ব্রহ্মণ (বামোন) হাৎপা পাপ মিকুপ মিকুপ থোংথাং থোংথাংদা পাপ অদুম ওই।

উপাস্য প্রণমেচ্ছ ত্রং দীর্ঘায়ু ব্রাহ্মণোযদেৎ।

সশূদ্র নরকং যান্তি ব্রাহ্মণো যাত্যধোগতিশ ॥

খুরুম্ফম মতাং চাদবা - গুরু আহল লমল ব্রাহ্মণদ খুরুমজম থোকই হাঙ্গইদুনা লাইনিঙলিকৈ সেবা তৌদুনা লৈরিবা ওকদা খুরুমদা পুন্সি মুংশাংউ হাঙ্গনা আশীর্বাদ তৌবা অনিমক লৈথা তামিয়ে তৌহৈদে। খুরুম্বা ওকপ ২ নি।

মহাভারত কুরুক্ষেত্র লান্নাউ লোইরবা মতুং নোংমা যুধিং অমদা যুধিষ্ঠির মচিন মনাউ লান্দ মমাম শিনথিবা অদুদা মপুম্নিং, ইলাং লাংবা মুংভাইত্রদুনা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মন্দির সঙ্গাইদা লাকখি, মতুদা শ্রীকৃষ্ণ ধ্যান্দ লৈরি হাঙ্গইদুনা চংবা মাদনা লৈথি, শ্রীকৃষ্ণগী ধ্যান যোগ লোইদুনা ঊনবদা যুধিষ্ঠির হংখি, ইমুজোনা থাজল যোগ

তৌম্নিবসি কনাদনো কনাবু তৌম্নিবনো ? শ্রীকৃষ্ণনা কনাদ ওইগনি, ভক্ত বৈষ্ণবপুনি, ইবুধো ভীষ্মদু শরশয্যা তেনগী কম্নুংদা কৃষ্ণ ঐবু কৌদুনা উত্তরায়ণ ঙাইদুনা লৈরি, মাদু নিংলিঙেদা দদা মহারাজ লাকপা ঙাইহাক পম্ব্রে মারোবিগদু কৃষ্ণ ঐবু।

মতম অসিগী লাম্ন থৌরম মঙ্গলগীদমক্ত হরি সংকীর্ত্তননা ধ্যানগী মশক্ত বর্ণন তৌদুনা লৈম্নিবা অসিদা থৌবু নত্তনা অতোপ্পনা পৈশা থাবগী থুরুম্বা চংলিবা অসি ভক্ত ভাবুক মফমদা ভাবরস কাঈরিরোইদ্র মতম অসিদা ভোটকী যুগনিনা অমুক ঈনোং হাপ-চিল্লি, মহাপ্রভুগী সংকীর্ত্তণ রসদ শ্রীবাসনা কপ্প লাউবা য়াখিদে কনা অমত্তা চংহলখিদে। (অমিয়নিমাই চরিত) অমনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস মহাদেবনা ধ্যান ভাবরসদা আস্বাদন তৌবদা গোপী সাধন সিদ্ধ ওইদবী অমা হেনবগীদমক রাখি, মাদুদগী বৃন্দাবন শ্রীকৃষ্ণগী রাসকী মরম, গোপাল সহস্রনাম, থোকখি। (তোলবাপু) অমুক থুপপ্রবা ভাবরসকী ওইবা মহারাস, পৈশারাস কুমৈ ওল্লে (নীলকান্ত) মাসিদি গতানুগতি ন্যায়— গাধানা শংবল চোংবা মাদোরুবনা করে।

যঃ শূদ্রেন সমং মিশ্রো ভোজনং কুরুতেদ্বিজঃ।
সুরা পীব সবিজ্ঞেয়ং সর্বধর্ম বহিস্কৃতঃ।।

কনাগুম্বা দশকর্মগী মম্নুংদা লৈরবা মীওইনা অমাং অশেং শৌচনিয়ম লৈত্রবা মীগা লোইননা তিম্নতোংননা চামিন থকমিন্নবা তৌবসিদি অমাগুবা য়ু ঈপুম নাইপু থকচাবনি খণ্ডনগনি ধর্ম পুম্নমকী মম্নুং চম্রবা লম্নচং শাস্ত্রংনি শা ঙাগী ওইবা মওং মপান্দ উৎপন্নি।

সভাষাং যজ্ঞশালায়াং দেবতামন্দিরেষ্বপি।
প্রত্যেকঞ্চ নমস্কারং হন্তি পুণ্য পুরা কৃতং।

করিগুম্বা মীয়ামগী য়াইফগদবা ওইবা মীয়াম তিনবা সভাদা ১ দি ধর্ম কর্মগী ওইবা মাগুপ্তা অদুগা যজ্ঞ কর্মগী ওইবা য়ুমদা অমনা লাইগী ওইবা মন্দির মাগুপ মীয়াম তিনফমদা মীশক অমথক্তদা, অমদি মীপুম তিংনা অমমমদা ওইনা থুরুম্বসি মথক্ত তৌগ্রবা ধর্ম পুণ্য অদু মাঙজবা ওই। সভা তিল্লবা, ধর্ম কর্মগী মন্দির পূজা তৌদুনা লৈরবা মফমদদ পরমেশ্বর ভগবান অদুনা শ্রীহরি ঈশ্বরদা য়াথল থম্নগা অমুক্ত গুপচিন্দুনা থুরুম্বনা ফগনি থাজৈ সভা মগুলীদা অনি তিনবগা মরূপনি অদুম তিনবনা সভানি, অমতা ওইবা মানা তোঙাল তোঙালবগী মীশক ওইবনি।

দেব দৃষ্টা দ্বিজং দৃষ্টা দৃষ্টা চ জাহ্নাবী জলং।
নমস্কারং ন কুর্তি হস্তি পূণ্যং পুরা কৃতং।।

থুরম্নরিবা লাংনরিবা লাই ঈশ্বর লাইরেম্বীবু উরগা অমদি পতিত পাবনী গঙ্গা ঈশিং উরগম্ন থুরুমগদবা ওই থুরুমদ্রবদি থম্মোইগী নাপল অদুনা মমাংথক্ত তৌখিবা ধর্ম পূন্য অদু মাঙই, লুনা তৌদুনা থুরুম্বদা ধর্ম পূণ্য কংই। (থুরুমফম থোকপা)

আদিত্যগ্রহনে প্রাপ্তে পূর্ব যাম চতুষ্টয়ে।
নকুর্য্যাদ্ভোজনং পিত্বা কুর্য্যা চ্চে মাংস ভোজনং।।

ইতি কর্ম লোচনং নামাষ্টোওর শতং শ্লোকং সমাপ্তং। নুমিত্ত গ্রহন তৌগদবা পুংফম থঙলবদা হেক শোক্তদবা পুংফম অদুদগী হাইগং-লগা য়াম ৪ হাঙবা পুং ১২ চংথংপা মাদুদগী চাবা থকপা য়াদ্রে, চারু থকলুরগদি শা. ঙা চাবগা অমহা ওইনা তৌরে। (মাসি অথঙবনা হাঙৈরম্ন। য়াফমনি) (আহল য়াথং) মতাং অসিদা শ্রোক ১০৮ না ওইবা কর্ম লোচন তাংকক্ লাইরে।

৪ প্রস্য গ্রহনে প্রাপ্তে পূর্বযাম ত্রয়স্তথা।
নদ্যাদ্যেব যদি স্নাত্বা তু ভুঞ্জত সুর। পানংসমং স্মৃতং।

সুমিত্ত গ্রহন সোকত্রিবৈ মথক পুং ১২ হাইগৎলগা চাবা থকপা য়াদবা অহুগুন্না থাদ গ্রহন লাকপা সোকপা উগদবা অতুগী মথক পুং ৯ মাংওইননা চাবা থকপা সেবা য়াদ্রে অসুম্না পীবিবা পুংশিং অসিদা অশেংবা ঈচেল নাইবা তুরেম্নচিংবদা ঈরুজরগা চারু থকলুবা অহু য়ু থকপগা মান্নে হাঈ।

অসুক ফত্রবা য়ু অসি মমল য়াম্নবা মীওইবা মপোক অসিগী রাথল লৌশিং থবক শাজং লমচং লীচং মাঙহলবত নতুনা মথংগী মপোক রাথল লৌশিং য়াউদবা শা-ঙা তীল কাংগী মপোকতা চৎপা নরক তাবা ওই হাঈনা শাস্ত্রনা তাক্লবা ফাওবদ য়োনবা শুংবা ফনা য়াম্না থিংলবসু থকপথি শুকলেপ লেপ্তে, মৈরা পাঈবী ইমা ইন্দোল ঈচেবু কয়া ওৎলি। সুপী অঙাং আহল শোক্ললবদি (পরেং কিংবা ভহিষ্যতি ?) চহি ১০০ না যুগ শাবা চ.হ ১ ব্লাংলি :

আদিত্যশশীতি কীরনেশী গ্রস্তবন্তৌ গতৌ যদি।
দৃষ্ট্বা স্না ত্বা তু ভুঞ্জীত পরেহ্ন্য শুদ্ধমহুনং।।

সুমিৎ থা ২ গী মশেক মঙাল গ্রহন তৌনা ২ তাপ্রগদি মথংগী সুমিত্ত মশক উরগা ঈরু মাইথহুনা চাবা থকপা তৌগদবা ওই। সুমিৎ থা অনিদা গ্রহন তৌরিবৈ মহুংদা ঈশিং পুম্নমক গঙ্গাগা চপ মান্নে, ওজা শুরুশিংনা তাকপি দান ধর্ম তর্পন চেং থোইদিংনা তৌবা ফৈ হাঈবি।

(মহাপ্রভু পূর্নিমা গ্রহন থাংজ সুমিত্তা সন্ধ্যাদ পোকখি। গঙ্গা মপান্দ মীয়াম হরিধ্বনিনা পুমনিন নিনখি) হাঙ্গ পুণ্যাজিখি।

উৰ্দ্ধপুণ্ড্ৰং দ্বিজ কুৰ্য্যা ক্ষেত্ৰিয়শ্চত্ৰিপুণ্ড্ৰকং।
অৰ্দ্ধ চন্দ্ৰঞ্চ বৈশ্যশ্চ বৰ্ত্তুলং শূদ্ৰ জাতয়ঃ।। ৩

চন্দন থিনবদা শিরি শাংনা থিনগনি লাইমিং লৌরবা অহুংগা সংস্কার ফংলবা দ্বিজনা ক্ষেত্ৰিনা শিরি অহুম চিংগনি। বৈশ্যনা থা মচেৎগুম্না থিনগনি শূদ্রনা কোইরপ কোইনা থিনগনি।।৩

মাসিগী ভাব ঐ খণ্ডজদে অৰ্থদনা শুইরে। কনানা মকম অ নদা ভগবৎকী মিং ১২ মন্ত্র হাঙ্গী শ্রীকেশব, শ্রীনারায়ণ, শ্রীমাধব, শ্রীগোবিন্দ, শ্রীবিষ্ণু, শ্রীমধুসূদন, শ্রীত্রিবিক্রম, শ্রীবামন, শ্রীশ্রীধর, শ্রীহৃষী কেশ, শ্রীপদ্মনভে, শ্রীদামোদরায় নমঃ।

কনানা বৃন্দাবন দ্বাদশবনগী দেবতা ওইনা, অহুগা কনানা থা ১২ গী দেবতা ওইনা কনানা গুরু প্রণালী পরমগুরুগী ভাব তুংহল্লি তুলসী মনা, বাংশীগী রানা, স্নাখোংনাং মনগী মওং নাতোন মথক্ত তৌনৈ। বৈষ্ণবতি গোপীচন্দন মৃত্তিকা তৌই। ভক্তি হকচিনবগী ভাব উৎপা ওইনা অমুবা মৃত্তিকা থিনবসু য়াউই। ব্রহ্মা সদাশিবনা নাক-য়েত্ত ময়াইদ বিষ্ণু লৈবা হরিমন্দির।

উৰ্দ্ধপুণ্ড্ৰং মৃদাকুৰ্য্যাৎ ত্ৰিপুণ্ড্ৰং ভস্মনা পদা।
তিলকং বৈদ্বিজঃ কুৰ্য্যা চ্চন্দনেন যথেচ্ছয়া। ৪

মথক্ত শিরি চংবসি লৈপাক্ত তৌগনি শিরি অহুম চিংবদি উৎনা মতম পুম্নমক্ত তৌগনি। অমুম্না, চন্দন থিনবা সংস্কার কংলবা দ্বিজনা তৌগদবা ওই, য়াচন্দন আগরু তরুগা কৎপা থিনবদি অপাম্বা মওংদা থিনগনি। ৪

অপোশনে আচমনে প্রশাবে দন্তধাবনে।
শব্দং নকার যেদ্বিপ্র কুৰ্য্যা ছেয়ারকী ভবেৎ।। ৫

ঈশিং থকপ আচমন তৌবা, হুকী ঈশিং চৎপ য়াংলোংবা থিনবদা খোঙেল খোকপা য়াওৎফদে খোঙেল খোঙ্গা ওাংলগাদি লৈবাকমচা তাদবা ওই, নরক তানবা মমিস্থ তাগদবা ওই ।। ৫

চাক চাবা প্রসাদ সেগ ফংলিঙৈদা য়া ওাংফদে। শ্রীহরিবু স্মরণ তৌন/তৌনা অমদি প্রসাদ চীঙাক অহু জীবগী হিংনবগী-দমক্ক হরি মানা চীঙাক ওইবনি।

কার্ত্তিকে মাসি য়োদদ্যাৎ প্রদীপং সর্পিষাদিনা।
আকাশ মণ্ডলে কাপি সৰ্বাক্ষয়ঃ ফল লভেৎ ।।৬

মেরা থাদ ঘী লুপ্ত বত্তি কেগাম কঙ্গীনচিংবদ হাপ্লগ অহাংবা অতিয়াদ মৈ থানবা কৎপনা অমাঙ অতা লৈতবা মহৈ ফংই ফংগদবা ওই ।। ৬ মেরা য়াথিনবা মৈ থানবা লাংবন নিন্দুং নোংম কোনবা থাবান্দগী থাশি (মহালয়) তর্পন ফৎপা লাই ওইপ্রবা ইপা ইপু অপোকপনা পেল্লি থাজনৈ লোঙ্গননা মৈ কৎপগী মঙান্দুদস্থ অপেন-বগী বর পীনবি অমনা মতম থ অসিদ লললৈমা লক্ষ্মী লাইরেম্বীস্থ মর্ত্তদা লেংথরকপা। থা ১১ গী মমুংদ মার্গশীষ (হিয়াঙৈ থা ঐনি হাঙ্গ (গী: অ: ১০)

স্নানার্থং পূজনার্থম্বা গচ্ছতো ব্রাহ্মণস্যচ।
সময়েস্কস্তরা গচ্ছেত্তমাহু ব্রহ্ম ঘাতকঞ্চ ।। ৭

ঈঙ্কজনবগীদমক, অমদি পূজাগীদমক ওইরগস্থ চৎলিঙৈদা মরক থৎপা লম থাঙ্গনা চৎপা হাঙ্গবসি তৌহৈদে ব্রহ্ম হাৎপগী পাপ পুই, ৭ (অপনবা পীদনবা তাকপ)।

মক্ষিকাসঙ্করং ধারা অজায় ব্রহ্মাবিন্দবঃ।
স্ত্রীমুখং বালমুখঞ্চ স্পর্শ দোষ ন জায়ত ।। ৮

শোক্ক শন্নবা চোংবদা অকাঙ্গৈবা মাঙবা ওঙ্গৈদবা পোংশকশিং— হয়িং তোংবা চাক মাংদে, তোংদনবা হোৎনবদি কৈ, ঈশিং ঈরৌনা শল্লবা অচুগা হৌদোং লাইরিক পাবা মন্ত্র শ্লোক থীবদা চোংবা তিন, মাংদে। নুপীগী অঙাংগী চীন শোক্লবদা দোষ লৈতে ।। ৮

(বাৎসল্য, দম্পাত্য প্রেম)

সাগরঞ্চ কলঙ্গী চ সুরঙ্গ বার্ত্তাকীন্তথা।

ভক্ষয়েদবা হবিষ্যান্নে গোমাংস সী দিসদ্যতে ।। ৯

মনা মশীংগী সাক কোম্প্রেক অচুগা জমেলী ভাংলি ভাংলি তৌবা থামেল মাসিশিং অসি ঘী তোংপ চাক্ত চামিন্নবা হৌনদে কত্তে হেক চাক্লবদ ধর্ম্ম অসিদা নামুংবা তৌহৈদবা হাঙ্গৈবদা হৌনদবা শলসা চাবগা মান্নে। ৯ (অহকপা তৌহৈদবা হিন্দু ধর্মগী অহকপা রাহৈ সুকতো তৌদনবা থন্মী)।

উত্তিষ্ঠ গম্য তাংরাহো ত্যজ তাংচন্দ্র সঙ্গমঃ।

কর্মচণ্ডাল যোগ থং মম পাপং ক্ষয়ং কুরু। ১০

থা মুমিৎ অনি অসি মালেম অসিদ লৈরিবা শ -ঙা তাল-কাণ্ড মীওইবা ঐথোঙ্গৈগা মাইল লাখ/লাখ লাপ্নরবসু য়াম্না নক্লবা মরী মতা অমনা মুংশিবা উৎপ অচুম্না অরাবা মুংঙাইতবা শা চুইনা লাকপা ওইনা থন্দুনা রাহুদা কৌরগা হাঙ্গৈরী হে রাহো নংনা মুমিৎ থাদা চীকপ উম্বা অচু থাদোকউ মুঙাইদে। মন্মী অচুগা মীওইবা ঐথোয়না তৌবা হৌনদবা হুঙচাংগী শাজং ব্রহ্মচর্য ঙাক্তবা অচুগা পূকচেল খুবদগী অতোপ্পগী মাঙনবা পোং হুরানবা য়ুম্মৈ থাবা নিশা-মু থকপা অতোপ্পগী মকমদা কাঙ্গৈবা অমচৎ অমনা নক্তবা লীচৎ চৎপা পুক্লিং বুদ্ধিনা নিংলুবা থল্লুবা, মঙং তাদবা চণ্ডাল কর্ম তৌরুবগী পক্লুন্না নৌবা কত্তবা পাপ অচু মাঙহন্লু মতুংদা অমুক মঙদ ক্ষাওবা তৌদনবা রাশকচরি।। ১০

অপোবা হকচাং ইন্দ্রিশিংনা তাইবংদা নত্তবা থবক তৌরুদ্রবস্থ মীওইবী অকুপ্প পুক্লিং বুধিনা (রাথল্লা' নত্তবা থবকতা নিংলুবা থল্লুবা অহু মগুদা উবা তৌবা তাবনি, তৌকবা ফত্তবা থবকশিং অতোপ্প নীদা হাঙ্গদোকদে অহুনা চণ্ডাল কর্মদি মীওইবগী তৌবা হৌনদবা থবক্তি মগুদা ফাওবা তৌদনবা হোৎনবা তাবনি, মাহুদা ঈশ্বরনস্থ চানবিগনি।

সংকলপন কলেপনবিনা রাজন য়ৎ কিঞ্চি কুরুতেনর।
ফলঞ্চা ল্লাল্লকং তস্য ধর্ম্ম'স্যাদর্ধং ক্ষয়ংভবেৎ॥ ১১

হে নিংথৌও কাবিগুম্বা থবক অমা তৌবদা হাঙ্গবদি লৈপাক্কী মশাগী ওইবগস্থ মশাগী হৈনীংবা রাখল লৌশিং পুক্লি অবেপ্প লৈতনা খন্দনা লেংদবা ফিপ থমদনা হৌজিক হৌজিক্কী য়ানবা পাংন শানবা তৌকবা ডাংনুবদি মীওইবগী ওইবা অচুম্বা ধর্মগী গুণ মচেৎ মচেৎ তুমশিল্লকপ ময়েং তাবা ওইগনি। ১১ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগী অরেপ্প লৈতবা ক্ষেত্রী ওইরগা ভিক্ষা তৌহুনা চাগে খনবা তয়াং তশোইব রাখলহু থাদোক্লগা ক্ষেত্রীগী ওইবা ধর্মদা অরেপ্প ফিরেপ লৈহলখি। গীতা— মীওইবদ রাখল, লৌশিং থমোই খুদোল ঈশ্বনা পীবিবা (সাধব: প্রতিপনাথ নচলতি কদাচন) অরেপ্প ফিপেপ।

আপনে পাদ মারোপ্য যো ভুঙক্তে ব্রহ্মণকশ্চিৎ
গ্রাসে গ্রাসে মলং ভুংক্তে পানীয়ং রুধিরং ভবেৎ॥ ১২

কনাগুম্বা ব্রাহ্মণনা আসন ফিদাদা খোং থাঙ্গৎলগা চাঙ্গ বর্ণগী জাতিগী অথোইবনি হাঈহুনা, মাহু হৌনদে মানা চারিবা চথোম/চথোমহু অমোংপা অমাংবা চাবগা মান্নে অহুগা থক্লিদা ঈশিং অহু ঈ থকপগা মান্নে। ১২

ঐগী মত মতম অসিদা মীয়াম চাকচা হৈজানবদা খবর আসন ফিদা পীনবসি ফগদবা মান্দে মাসিদা শরুাইবা মীশক মরূপ মপাং কয়াগী ফোটো (চিত্র) য়াউবা অদুগা ঈশ্বর মপুগী মিং লাইরা মন্ত্র ইবস্নু য়াউরি।

যঃ কর্মানি পরিত্যজ্য ভক্তি মাত্রেন পূজয়েৎ।

নতস্য তুষতে বিষ্ণু আচরেৎ পূজ্যতে মতঃ ।। ১৩

শ্রীকৃষ্ণদা ভাংহাক্তং নিংজব ভজন তৌবদা অতোপ্প ইন্দ্রিয়গী বিষয় ক্রিয়া থবকশিং অদু থাদোক্লগা ভক্তিতন ধ্যান পূজা নিংজগদবা ওই, ভক্তি প্রিয় মাধবনি, অদুনা নোল্লুকপা অকিঞ্চন ওইবা ভক্ত একান্তিক অদুদা পেনবি অসুন্না ভক্তি মানসিক সেবানা পেনবিবা পূজাগী মত অসি চৎফম থোকই। ১৩ (হৈ, লৈ, ঈশিং, তুলসী-পত্ৰনা মরম ওইদুনা ভক্তিনা কৎপা অদু কৃষ্ণ ঐনা হরাউনা লৌই চাই। গীতাশ্রী মুখবানি।)

সর্বাগমনামাচারঃ প্রথমং পরিকল্পিতঃ।

আচরেৎ প্রভবো ধর্ম কর্মনঃ প্রভুরুচ্যতে ।। ১৪

বেদ পুরাণ স্মৃতি শাস্ত্ৰনা হাঙ্গৈরিবা পুম্নমক মফম মতমগা চানচুননা ওইথোকপা ওইবা য়াব কয়া অন্বয়ব্যতিরেক তৌদুনা লেপথরবা প্রণালী পোরম ধর্ম কর্ম তৌদুনা চৎনকবনি *অথঙবনা হাঙ্গৈ। ১৪ (দেবী লাইরেম্বী দুর্গা পূজাদা বলী কৎকদবনি হাঙ্গৈবদা শ্রীকৃষ্ণ নিংবা বৈষ্ণবতদি শা-ভাগী মহুত্তা হৈ লৈ কৎতুনা দেবী খুরুম্মী, প্রভুরাম-চন্দ্ৰনা দেবীদা থম্বাল কৎখিবা আদর্শ কাউবা য়াদে। শা-ভা কৎপা তারগস্নু মীওইবদা চেল্লিবা গুণ ৱাখল য়াউদবা শা-ভাগী পুবচেন চেনবা লিচৎ তমোগুণ শা অদু কখোকপনা চুমগনি মীনা পুক ইন্দ্রি পেন্নবা দেবী লাইরেম্বীদা হিংসাগী মশক ওইবা শা-ভা হাৎপা

কৌনদে মঙ্গল য়াম্বা লাইনা ব্রহ্মা পোক্লিংবা ধন্য কলিযুগ ওইহনসি। নামতনা লাঙ্গনা অয়ানবা খুবং প্রেম ভক্তি কংবা য়াবান গৌরাঙ্গনা হাঙ্গবদা চান্দর্থা কাজীনা শা-শল হাংনয়োই য়াশিবছুনি

কুস্মাণ্ডচার্থ হানি স্যাদ বৃহত্যান্ন স্মরেদধরিং।
বহুশক্রঃ পটোল স্যাৎ ধন হানিচমুলকে॥ ১৫

অর্থ মথক্ত হাঙ্গিখিবা থাবান তিথিদ চাবা হৌনদবা মাছুগী মতুং ইন্না য়ানশিন্নবা লোইমবা য়াদবা য়েমৌনবা তোপে'াং মাইয়েল চাবা শেল-থুম মাঙই। সেথোং লৈপুং খাংথ চারগদি ঈশ্বর হঙ্গিবু নিংশিংদবা ওই। কাক থবী পটল চাবনা য়েরুবা য়েংথিনবা য়াম্বা ওইগদবা ওই। ১৫

কলঙ্কী জায়তেবিম্বে তির্য্যগ যোনিশ্চনিম্বকে।
তালে শরীর নাশ; স্যান্নারি কেলেচ মুর্খ'তা॥১৬

তৌহৈদবা থাপান্দ হৈ থাগোকচাবা মাইহীং পকই পোকই। নিম মানা চাবা তীলকাংগী মপোক্ত, কোনা মহৈ চাবদা হকচাং মাঙবা ওই যুবী চারগনা অপঙবা পঙদান্নবা মপোক ওই। ১৬

তুম্বী গোমাংস তুল্যাস্যাৎ কলম্বী গোবধাত্মিকা
শিম্বী পাপকরী প্রোকতা পূতিকা ব্রহ্মঘাতিকা॥ ১৭

থাপান ৯নিদা থোংক্রম চাবা শলশা চাবগা মান্নৈ, ১০ দা কলমনি চাব গোবধন পাপ ওই, ১১ নিদা হৱাই উরি চাব পাপ ওই। ১২ দা মরীচৎপা মনামশীং তোয়োথোংচাক চাবা ফত্তে ব্রহ্মবধ ওই॥ ১৭

কার্ত্তিকে শুক্লা পক্ষেতু দ্বিতীয়ায়াং যুধিষ্ঠীর।
যমো যমুনা পুর্ব্বস্যাং ভুঞ্জীত স্বগৃহেততঃ॥ ১৮

কার্ত্তিকসৌবমেরা মৌথ্য হিয়াঙ্গে ২ নি পান্নদ। ধর্মরাজ যমনা যমুনা মচল নুপাবু মশাগী য়ুমদা হান্না পীজখি মতুগী মতুংদা হে যুধিষ্ঠির মবং নুংশনবা মরীদা চেৎশিন্নবা পীজ পীথকই। নিঙোল চাক্কৌবা মবুং চাক্কৌবা (ভ্রাতৃ দ্বিতীয়া) (ভগ্নী ভোজন)। ১৮

শ্লোক ১৮ অসি খণ্ডজন্দ্রে। ১৯

একং চণ্ড্যাং রবৌসপ্তং ত্রীনি কুর্য্যাদ্বিনায়কে।

চত্বারি কেশবে কুর্য্যাৎ শিবেচার্দ্ধং প্রদক্ষিনং।। ২০

লাই খুকুম্বদা চণ্ডী দুর্গাদ অমুক কোঈবা, মুমিৎ খুরুম্বদা ৭ লক কোইবা, গণেশদেবদা ৩ লক কোইব, শ্রীকৃষ্ণদা ৪ রক কোইরগা অতুগা শিব মহাদেবদ অনিরক কোইরগা খুরুমগনি ১/২ ।। ২০
(শ্রীকৃষ্ণদা খুরুম্বা ৭ রক কোইবগী তঙ্খাই ।)

সভাবারানসী তুল্যংরাজ বিশ্বেশ্বরং স্বয়ং।

সভাযাং কোটিলিঙ্গানাং কথাধম প্রবর্ত্ততে।। ২১

বিশ্বেশ্বর বিশ্বনাথ মহাদেবনা ভান্দুনা লৈ রবা এফম বারানসী কাশী ধাম অসিদি য়াম্না শেংঙবা কোটি লিঙ্গগী ওইবা ধর্ম কর্ম পুণ্যহু ফংই।। ২১

ন্যায়বাদী মুর্খ অন্যায় চচবিচক্ষণ: যদা।

ছলতা বলতা বাপি তস্য বকতা সভাসদা।। ২২

অচুম্বতা মপুকচেল শেংনা ভাংজবা সভা রায়েল শঙদা অপঙবা মী অতু পুন্য তৌরবনি মপা মপু স্বর্গদা চিংখংলবনি করিনা কলি যুগ মতম অসগী ঈশ্বরগী তরং তরংবা লৈফমনি "সত্যমেব জয় তে" হৈরেশিংলে হাঈহুনা রায়েল শঙদা নমজাহন্নানবা তাৎ থাৎ নম-হৎতুনা ভাং শকপা ওইরবদি মতমহুদা মতম অমদি অচুম্বা ফজবগী মশক লৌরিবা ন্যায়াধীশ :-- মাঙদা ভাংবা মুহৌ হৌনজে ভাংজ-পদি মশা পাপ তৌরে, মরীমতাবুম্ন নরকতা চিংথৈ।। ২২

সভা গ্রামগ্রত সাক্ষী পিতরস্তস্য কলপতে।

অদ্যকিম্বা স্বর্গবাসবা নরকে ভবিষ্যতি ।। ২৩

মতম অসিদা নিরাকার ব্রহ্মনা শরুাইবা সাকার ব্রহ্ম অরেংবা অচওবা ওইনা ঙাল্লিবা ন্যায়ালয় বিচার লোইশং, অসিদা কনাগুম্বনা ঙসি অউবা অথঙবা সাক্ষী রাহৈ পীবদা মীতুগী মপা মপুশিং লাই-রৈপাক্ত থক থক নিকই। ঙসি করিগুম্বা অশেংবা লাইরিক পুয়া পুরাণ পল্লগা ঙাংবা হাঙ্গবদা অথঙবা অউবা হাঙ্গদনা নত্তব ওইদবা ঙাঙলকদ্র ? অথঙবা অচুম্বাদ ঙাঙগদ্র ? রাহৈতুনা স্বর্গ কাগদ্র ? নরক তাগদ্র ? খঙ্গানতুনা রাজৈ ।। ২৩

াকংগযা পিণ্ডদানেন বৃযোৎসর্গেন কিংফলং।

যদি সাক্ষী বদেৎ সত্যং তৎ ফলং লভতে যদি । ২৪

শাগৈগী মচা মশুনা লোইশংদা অচুম্বা অউবা সাক্ষী জবান পীবা ঙম্বরা হাউবসি গয়াদা পিণ্ডদান তৌবা, মখোর থোকপী যনবী পোথোক পুথোরুবা অকলবা যণ লাবা কংপগী মহৈ অতুদগী অচুম্বা সাক্ষী জবান্ন হেল্লি মতৌ অসিদা মপা মপুবু নরকত অকা অকুম মচা মশুনা মীনম্বা অনেকপা, সাক্ষী জবান পীবনা অতুগা মচা মশুনা অচুম্বা সাক্ষা জবান পীবদি স্বর্গদা মপা মপু মবেন মুঙাইবগী জগোই শাই ।। ২৫

সাক্ষী প্রমানং নবং সপ্তং পঞ্চ ত্রয়া:

অপি সাক্ষী যদি শীলবন্তং। ত্রকোহপি সাক্ষী—

নভবেৎ প্রমাণং ব্রহ্মা হরি হর যদি শুক্র তুল্যং

মরম অতুনা রায়েল লোইশঙদা অতুক মমল লৈথ্রবা ইরাই লাইনা স্বর্গ নরকতা কাহন্নব, তাহন্নবা ওই সাক্ষী জবান পীবগী মশীং ৯,৭, ৫,৩, না ওইগনি মাতুম্ম শাক্সৎ লিচৎ ফজবা ওইগদবনি। সাক্ষী ১দি

জবান পীবদা মী অমথঙীদি অর্থ য়াউদে নিণয় তৌবদা য়ানা থোকই করিগুম্বা জবান পীগদবা মীশক অমতা ওইবদি হৌনদে অমতা ভাইবা লৈশেম্বা ব্রহ্মা অয়োকপ বিষ্ণু হরি, লোইশিনবা হর মহাদেব ওইতুনন্সু ।।

শ্রীহরি হরি হরি ওঁ শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ তং শ্রীরাম রাম সং

শকাব্দ — ১৮৭২।১২।২৬ শুক্রবার অমাবশ্যা

গণেশায় — শ্রীনিংথৌজম চাওবা লিখি গেলো

(বন্দে তংগুরু বিশ্বম্ভরং)

হরে রাম কৃষ্ণ হে

মাধব গোবিন্দ মুকুন্দ, কেশব

নারায়ণ বাসুদেব, জনার্দন গোপীনাথ গিরিধারী

বংশীবদন—কৃষ্ণ গোপাল মদনমোহন

গোবর্দ্ধন ধারী ।।

অনুবাদক—

হন্দোকচবা :— অমুবা শাস্ত্রী

২৬/৫/২০০০ কালেন ২৩ ইরাই।

# চিথহৌবা শ্লোক

দানং ব্রত্তং তপোযজ্ঞং শ্রাদ্ধম্বা পিতৃতর্পণম্।
সকলং নিষ্ফলং রাজন হরিসকীর্ত্তনম্বিনা। ৬৮

হৌজিক মতম শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রদা নাম দীক্ষা ফংলবা নবীন বৈষ্ণব সম্প্রদায়না করিগুম্বা নৈমিত্তক ধর্ম কর্ম দান, ব্রত্ত তপ, সেবা যজ্ঞ অমদি নৈষ্ঠব শ্রাদ্ধ-পাঙথোকপদ, অদুগা পিতৃ তর্পণ-ইপা ইপুংগী পেজনবা কৎপদা হরি সংকীর্ত্তনা মাঙওইনম্ম তৌগদবা ওই; হে রাজন্ নিংথৌও হৌজিক মতম কলি অসিদা হরি সংকীর্ত্তন নত্তনা তৌবা থবক ধর্ম কর্ম পুম্নমক প্রযোজন তত্ত্ব, ভক্তি প্রেম ফংদে অরেম্বা ওই কুমৈ ওইনা তৌবা চুমদে ভক্তি রস ভাব য়াম্না কাঙ্ঈ।

শ্রাদ্ধ কর্মদ। অথুপ্প পূর্ণোত্তম ব্রজ লীলা নীত্য অষ্টকাল সংকীর্ত্তণ শকপা অসিদা মাগুব মপুনাচংবা মাঙগী মগুলী অকোঈবা ভাবকশিং নিকুঞ্জ অষ্টকাল ভজন চৎপা গায়ক শ্রুতা ওইগদবনি, গৌরচন্দ্রিকা শকপ মতমদা পুংগা রাগ অমদি ঈশৈ রাগদধ্যান ভজনদা লৈনবা অহুমনা থৌবু গায়ক, শ্রুতা অহুম অসিনা থোং মান্নবদা লৈখিদ্রবা মৃত প্রেতাত্মা অদু লান্দনিঙাই লৈতে। ভাগবতনা লংলবা প্রমাণ পীরি অজামিল মচা নারাণ কৌরুবদা। থৌবুনা নেকচরুবা মাগুম মপু ভাবক নিমন্ত্রিত ওইবশিংদি ভজন প্রণালী অষ্টকাল চৎপা বৈষ্ণব ওইবা তাবনি, অরোইবদা দান দক্ষিনা অম্নাহার ভাবকতা তৌরিব অদুগুম গায়ক পুংয়ৈবদা তৌফম থোকপা দক্ষিনা তৌবনা হেন্না কগনি হাঈবসি ঐগী খাজবনি, মতম অসিগী শেম্বা কিথা অসিদি কুমৈ তারে; নিয়ম লৈত্রে মাং থারম্বা

পুংয়ৈবনা তুং অমুক থা, পালা খোনফবা য়াউরবদি ঈশৈ অদু অয়াই অথুমদা মতম য়েংদ্রে মাগুব মপুস্নু থাইনগী হনুমান ওনখরে কয়িস্নু হাঙইদ্রে।

লাংজা, উড়িয়া ফাবকগুম্ন। তারগদি কজগ্রবা উজল ভাব রসগী ভক্তি প্রেম ফংবা ওনলোই, শ্রীবাসক। অঙলদা গৌরাঙ্গনা ব্রজ ভাব রস ভজন কাঙগনি হাঙইদুনা নত্তু ওইদবা মী অমতা খোঙদা চংহল-খিদে, নট সংকীর্ত্তনগী পাফে'ামেন্স কয়া পুখোক্তুনা থম্ন নৈনবগী বালমুকন্দ সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়দা নৈনবগী য়াফম অসিদা শ্রীগো-বিন্দমা খোজালবিসনু ।।

প্রবর্ত্তে বৈষ্ণবী চক্রে সর্ববর্ণে দ্বিজোত্তমা।
নির্বর্ত্ত বৈষ্ণবী চক্রে সর্ববর্ণে পৃথক্ পৃথক্ ।। ৬৯

পোকপা শিবা অসি জীবনা কাইদোংবা পোংচাক মঙা মন, বুদ্ধি, অহঙ্কার অসি য়াউনা পোক্পগী মনুংদা সংস্কার লৈবা মীওইবনা থ,াইদগী অথোইবা।ওইনা বিষ্ণু শক্তি বৈষ্ণবী মায়ানা তৌথরে। শিব অমুক হনবা অসিস্নু হাঙইবদি হকচাং পানবা অসিগী হৌনশা ওইনা তৌথরে মশক মচু নাইনা তোঙাল তোঙাম্না কাঙলুপ ১০ গী জাতা লথা ৮৪ রক ওন্দুনা পোকপা পুন্নমক বিষ্ণু শক্তি ময়ানা তৌবা নিয়তীগী নিয়মদি সংস্কার লৈবা মীওইবদি মা মানা তৌবা কর্মফলদি তঙাইফদনা ফংবা তাবনি ককপা য়াদ্রবা (নেচর লো) নি হান্নবা তৌথ্রবনি। অকা অকুম ওম্বা বুদ্ধি য়াথল লৌশিং য়াউবা মীওইবদা সদাচার তঙাইফদে লাইনা পোকঙমদবা মীওইপোক্লি।।৬৯

অনুপূর্বাবযোসেষ্ঠা মাতৃনাম্ সগোত্রিকা
অনুবিষ্ঠা পযোমূত্রং সঙ্গমে মাতৃ সঙ্গমং।। ৭০

চহি মথং মনাও হানবা মুপী মমাগা মিং মান্নবা য়েক শাগৈ গোত্র অমতগী মুপী লোবা হৌনদে ক্ষেত্রীনা ব্রহ্মনী, বৈশ্যনা ক্ষেত্রানি মুপী শূদ্রনা বৈশ্য কন্যা মুপী, অসুম্না বর্ণভিন্নদবা লৌনবদি চান্নিবা চাক থক্লিবা ঈশিং অত্থু অমাংবা চাবা হক্কী ঈশিং থকপগা মান্নৈ; লৈমিন্নবা লৌনবা হৌনদে মমাগা তিন্নবগুম্মী (ব্লাফম অসিগী অথুপ্পদি) (ধর্মস্যতত্ত্বং নিহিতংগুহায়াং) ঋষিবচন্দা থাজবা থমজরি। (অন্বয় ব্যক্তিরেক) না মরম ওইহনা।

গতে মৃতে প্রবজ্জিতে ক্লীবেচ পতিতে পতৌ।
পঞ্চস্বাপৎ স্থনারীনাং পতিরন্যো বিধিয়তে।। ৭১

হুরান্না লংকৈ চৎপ্রবা অতোপ্পদা লৈপ্রবা, নিপা শিপ্রবা মপুরোইবা, মচা মস্ত মুপী অঙাং থাদোক্তনা লম্বোইপ্রবা, নিপা ওইবগী হৌনশা করি অমতা য়াওদ্রবা অশোঙ্গবা অশোকপা লৈরবা, চাকচা য়ুথক কাম্বা সমাজনা ইম্বোক্লবা, মী নিপা মথল ৫ অসিগী মমুংদ অমা ফংলবী অকবা গুননা তিন্নবী মচা মুংশি থঙবী ইদ্রি থুহুম চনবী পুন্সি শাস্তী পাম্বী থাগী খোঙকাপ থমজ্রিবী মুপীনা অতোপ্প অমদা য়ুম্বালবা য়াই শাস্ত্রগী বচননি।। ৭১ (নত্রগ' মশা করবস্ম)



# অশোঙ্গবা চুমথোকপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ইন্দ্রশত্রু বর্দ্ধগ | (ইন্দ্রশত্রু বর্দ্ধস্ব) | ১২ গী | ৫ |
| ওন্নতৈনবা ফল, | মচাত্বম ইনত্রনা হ্বাংখি | ,, | ৫ |
| শেংদব | শেংবা | ১৩ গী | ৫ |
| ন্ধধনং | ধাবনং | ১৫ গী | ৫ |
| থথন-তহল | ট-হলনা (সেবারী) | ২১ গী | ৮ |
| মহৈনিংদবা | মহৈ হৈনীংবা মীনা | ২৩ গী | ৮ |
| লবাকলচা | লৈবাকমচা | ২৮ গী | ৮ |
| অহুরা | অহুগা | ,, | ৮ |
| লশাংসি | যশাংসি | ৫ গী | ৯ |
| সীতা | গীতা অঃ | ৭ ২৬ কী | ৯ |
| ওই ওইদ | ওইরোমদ | ২৭ কী | ১০ |
| পরিবেপন | পরিবেশন | ২৯ গী | ১০ |
| যম্ব।তি | স্মৃতি | ,, | ১০ |
| ম্বৃতিনা | স্মৃতিনা | ,, | ১০ |
| খাদবা | য়াদবা | ৩৩ গী | ১১ |
| অপোসনে | অপাংপানে | | |
| চাচমনে | আচমনে | ৩১ গী | ১১ |
| শব্দং | শব্দং | ,, | |
| কুয্যাচ্চে | কুয্যাচ্ছেদ | ,, | |
| তাম্র | তাম্র | ৩২ গী | ১১ |
| প্রাশং | দদ্যাৎ | ,, | |
| পদ্যো | সদ্য | ,, | |
| গোখাসং | গোমাংস | ,, | |
| অগ্নিবগী | অচৌবগী | ৩৩ গী | ১২ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| মথোঙ্গগী | মথোমগী | ৩৪ গী | ১২ |
| ভাগুম্বী | ভাগুম্মী | ,, | |
| অনৌবা | অয়ৌবা | ,, | |
| সাত্বিক | সাত্ত্বিক | ,, | |
| য়েরী | য়ৌর | ৩৫ গী | ১২ |
| অঙবনা | অথঙ্ বনা | ৩৬ কী | ১৩ |
| লাইররবা | লাঙ্গৈরবা | ৩৭ কী | ১৩ |
| সুমীতিনা | সুমতীনা | ৪১ গী | ১৫ |
| মরমদ | মরমদম | ,, | ১৫ |
| ভরবদপিতি | ভগবদর্তি | ৪৩ গী | ১৬ |
| সেরিনাস | সৌরমাস | ৪৪ গী | ১৭ |
| য়াউরবা | য়াউদবা | | |
| সংত্রান্ত্যাং | সংক্রান্ত্যাং | | |
| জ্ছেদনে | চ্ছেদনে | ৪৮ গী | ১৯ |
| পিরো | শিরো | ,, | |
| সুপুর্বাতং | শূর্পবাতং | ৫০ গী | ২' |
| শক | শকুনি | | |
| শীত গোবিন্দ | গীত গোবিন্দ | ৬১ গী | ২৪ |
| তন্তু কথা | তন্তু কথাগী | ,, | ,, |
| পীজকদে | পীজকদে | ৬২ গী | ২৫ |
| সন্ধানা | গধানা | ৬৫ গী | ২৬ |
| সন্তায়াং | সভায়াং | ,, | ,, |
| ওগুজু | ওজ্ | ,, | ,, |
| মর্ষ | বর্ষ | ৬৫ গী | ২৭ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| খুদম | খুদক | ৬৬ | ২ |
| অমহুমক্কদ | অহুমক্কদ | ৬৬ | ,, |
| থোনর | যোনর: | ৭৭ | ৩ |
| য্‌শং | যুপং | ৭৯ | ৩২ |
| পুপবাতং | শূর্পবাতং | ৮০ | ৩৩ |
| সাডেন | পাদেন | ৮২ | ৩৪ |
| লজ্ঘয়েৎ | স্পৃসয়েৎ | ৮২ | ,, |
| বৎপর | বৎসর | ৮৩ | ,, |
| তেসিদবা | সিদ্ধ | ,, | ,, |
| মংফৈ | লংফৈ | ৮৬ | ৩৬ |
| গদা | সদা | ,, | ,, |
| হৈনিংদবা | হৌনদবা | ৮৭ | ,, |
| সেরি | সৌর | ,, | ,, |
| তোরোই | তৌরোইদৌবা | ৯০ গী | ৩৭ |
| পঠতি | পদ্ধতি | ৯২ | ৩৮ |
| মচানি | বৈষ্ণবাচারনি | ৯২ | ৩৯ |
| সেবাফিলাষী | (বৈষ্ণব) সেবাভিলাষী | | ৪০ |
| ফাওমদি | ফাওমদি | | ,, |
| পরিবরা | পরিবার | | ,, |
| দক্ষিষ্যতীতি | ভবিষ্যতীতি | | ৪৪ |
| সিদ্ধ | সিদ্ধ | | ,, |
| প্ররাপ | প্রবাসস, প্রভাস | | ৪৫ |
| পেমবা | পেমবা | | ৪৭ |

